# নোংদম

অইবা,

শ্রীঅরিবম মহেন্দ্র শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর ভাগবতী লৈকাই,

ইম্ফাল।



ষ্টেজ রাইট—রূপমহল আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন,

ইম্ফাল।

মমল লুপা ২৷০

কচ্চব

ঐবু পোকপা ইপাইবুঙেঙা
৺চাওভন শর্ম্মাগী খোং অনিদা
কচ্চরি তাল্লবা নচানা
নোংদম ।।

শ্রীমহেন্দ্র শর্ম্মা ।

---

অনিশুবা লাঙ্গাও মনুংদা মাগুব কয়া শঙ্গোই কয়াদা কোয়-চেন চেল্লুরবা মতুংদা রূপমহলনা ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপান্দা লৈবা ঐগী মরুপ ৺লাইময়ুম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মাগী মাগুবতা চাং নাইনা লীলা উৎপা হৌখি—চয়োল অমদা অহুমলক ঙমহৌদ্রগা অনিরক। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮গী অহৌবদা উৎননবা নাটক থিবা ফংলক্রবদা শ্রীঅরিবম মহেন্দ্র শর্ম্মনা "নোংদম" কৌবা নাটক অসি ইবিরকুনা সংস্থা অসিগী লীলাগী খোঙচত্তা অচৌবা মতেং পীবিখি অমসুং সংস্থা অসিগী সন্মান ঙাকপীখি। চহি কুনগী মমাংগী ভাবুকশিংনা নাটক অসিবু তরাম তরাম স্বাগত তৌবিখিবগুম হৌজিক্কী মণিপুরী ভাবুকশিংনসু ঙসিসু মিৎয়েং তাবিগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। "লান্দবনা মমৈদা জয় ওইবনি" হায়বসিনি নাটক্কী ফিরেপ। নাট্য-কারনা মাগী চরিত্রশিং মশক তশেং তশেংনা উহনবগা লোয়ননা নাটক অসিগী থাদোকফত্রবা মচাক ওইহল্লি। "নোংদম" মণিপুরী নাট্যতালিকাদা য়াওজবা য়াবা নাটকনি। ইতি—

তাং ২৮। ৬। ৬৭ ইং

সহি শ্রীনীলমণি সিংহ

# বাহৌদোক

শোক ১৯৪৩-৪ ইং লানথুংদা ঐনা লাইফ্রাকপমদা লাঙ্গে-ম্নরিভৈদা বিজয় প্রভা হায়বা লীলা অমা ইতুনা অতুরাইগী ইচিল ইনাও খর হৌরগা ৫-৬ লক উংখি। শোক ১৯৪৬-৭ ইংদা অমুক "বিজয়-প্রভা" দগী মমিং "নোংদম" হায়না অমুক নৌনা ইজরগা রূপমহলবু শান্নবিয়ু হায়জরুই। শ্রীনূতনচন্দ্র শর্ম্মা ইম্ফাল ব্রহ্মপুর, শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ য়াইস্কুল, শ্রীএম বীর সিংহ জন্মস্থান, শ্রীনেত্রজিৎ সিংহ ব্রহ্মপুর, শ্রীনীলমণি সিংহ আর্টিষ্টশিংনা নিংথিনা পাওতাক পিবিতুনা ষ্টেজদা উংপা য়ানবা শেম্বীরে। লীলা অসিদা শকইবা ঈশৈশু ভদ্রলোকশিং অসিনা ইবনি।

মরুপশিং অসিগী মফমদা ঐনা শিংঙমথ্রবা লমল তোল্লিবনি। "নোংদম" অহানবা উংখিবা তাং ১৭।১।৭৮ ইংদগী রূপমহল আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন্না ৪৭ লকশুনা উংখরে। অসিগুম্বা লীলা মচাশী মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনি খনবিতুনা ইরৈবাক মচাশিংনা অমুক অমুক্তং মিংয়েং তাবিরবদি ইজবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

## থাগৎচবা

শোক ১৯৬১ ইংদা মণিপুর থিয়েটর সেণ্টরসনা শিল্লাংতুনা তৌখিবা ড্রামা ফেষ্টিবেলদা আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন্না উংপা "নোংদম" না বেষ্টপ্লে ফংলকপগীদমক আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনবু ঐনা হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি॥

শ্রীমহেন্দ্র শর্ম্মা

# লীলাদা চংবা মীশক

## নিপা

১। ফৈজাও সিংহ—চহি ৭০গী মথক্কী, মেম্বর ওইরম্মী।

২। কোইরেং সিংহ ,, ২৭-৮ লোমগী মীশক্কী, য়াম্না কেথোক মৌথোকপা মচানি, পংতক তৌই।

৩। সেঙ্গোই সিংহ য়াম্না জার সান্নবা, কোইরেংগী মরুপনি।

৪। থাবল সিংহ অচুম্বা পামজবা মীশক্কী, মাশু কোইরেংগী মরুপনি, চহি লোঙ্গা ডাক্কী।

৫। বিজয় সিংহ মথৌনা লৈবা লাইরব মচানি, চহি ২৭-৮গী লোঙ্গানি।

৬। গৌর সিংহ বিজয়গী মরুপনি, মথোই লোঙ্গানি।

৭। লৈরেঙ্গাও চহি ৪০গী মথক্কী, কোইরেংগী মনাইনি।

৮। শরৎ চহি ৭-৮ লোমগী নিপামচানি, ফৈজাওগী মচানি।

৯। পুলিস এস আয়।

১০। কোঃ অনি।

১১। স্কুলগী হেড পণ্ডিত অমা।

১২। চাকনিবা অমা

ছাত্র—ছাত্রী ময়াম মেউজিক্কী পাক্তিনা চিংবা।

## নুপী

১। শ্রীমতী লৈমা দেবী কোইরেংগী মমা পোক্কবী চহি ৪০গী মথক্কী।

১। শ্রীমতী মণিরৈমা দেবী ফৈজাওগী মুপী অতোম্বী চহি ৩৫-৬কী লেঙ্গানি।

৩। কুঃ প্রভা ফৈজাওগী মচাম্নুপীনী, মপুংফানা চাওরবী চহি ১৭-৮গী মথক্কী।

৪। কুঃ কুমারী বিজয়গী মচান্নি, চহি ১১-২গী লোঙ্গানি, য়াম্না মশক ফজবীনী

---

# রূপমহলনা অহানবা উৎপদা

## কুমখিবা মীশক

নিপা—

১। ফৈজাও সিংহ — শ্রীবীর সিংহ জন্মস্থান।

২। হেড পণ্ডিত — „ রাধামাধ্বী শর্ম্মা ব্রহ্মপুর

৩। কোইরেং — „ গজেন্দ্র সিংহ „

৪। সেঙ্গোই — „ নেত্রজিৎ সিংহ „

৫। থাবল — „ রণজিৎ সিংহ ( মোমোন ) য়ুমনাম লৈকাই।

৬। বিজয় — .. ধীরেন সিংহ য়াইস্কুল।

৭। গৌর — „ এল, বীরেন য়াইস্কুল।

৮। লৈরেঞ্জাও — .. আর কে বিজয়ন্না সিংহ সিংজমৈ বাজার।

৯। পুলিস এস আয় — .. আই নবকান্ত সিংহ চিংঙামথা।

১০। সরৎ — কুঃ ধবলী দেবী

১১। ছাত্র ছাত্রী — আর এম এ এগী আর্টিষ্ট পুম্নমকা

১২। ঈশৈ পাম্বা — এল ৺গৌবহরি সিংহ মেউজিক ডিরেক্টর।

১৩। ড্রেশ, ষ্টেজ — আর এম এ এ।

১৪। লীলা শান্নফম — রূপমহল থাংঙবাৎ মপাল।

১৫। লীলাগী মওং তাকপা — শ্রীহরাইবম নীলমণি সিংহ কোংবা পুরানা বাজার।

১৬ চাকনিবা — শেলুংবা সিংহ রাংখৈ. ইম্ফাল।

## নুপী

১। শ্রীমতী লৈমগী পার্ট্‌া কোইজম নিঃ মোহিনী দেবী।

২। শ্রীমতী মণিরৈমাগী ,, গুরুময়ুম ,, বীনোদকুমারী দেবী।

৩। শ্রীকুমারী প্রভাগী ,, লাইময়ুম ,, থম্বালঅঙোবী দেবী।

৪। শ্রী ,, কুমারীগী ,, নোংমাইথেম ,, বীমোলা দেবী।

অতৈ অতৈ রূপমহলগী আর্টিষ্টশিং অসিনচিংবী ।।

---

# নোংদম

---

**অহানবা মশীং—অহানবা উৎপা।**

[ কলা বিদ্যালয় সঙ্গাবা নুমিৎনি। ]

( ছাত্র ছাত্রী ওজাশিং, ফৈজাও, প্রভা, কুমারী, বিজয়, শরৎ, গৌর, কোইরেং, সেম্বোইনচিংবা খ্বাই পুম্নমক মফম চানা চানা ফম্মী। ওজা অমনা লেপ্তুনা বা ভাংডম্মী ফিক্তং হায়দোকপদা। )

ওজা—ঐনা থোংঙাম খুড়াইবুঙেডা ফৈজাও সিংহ এক্স মেম্বরবু কলা-বিদ্যালয়গী মাইকৈদগী হন্না ২ ধন্যবাদ তৌজরি। ঐখোইনা য়াম্না কুইনা খঞ্জরম্বা আশাত্র ডসি খুড়াইবুঙেডা ফৈজাওসিংহ-না লুপা লিশিং তরা দান তৌবিহুনা জাতীয় কলা মন্দির অসি ঐখোহ মিৎনা উবা ফংজরে। অসিগুম্বা মন্দির অসিনা লৈরিবা মখে শ্রীফৈজাওসিংহগী মিংচৎনা অমর ওইনা লৈগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। ঐ অসি হায়রগা লোইজরগে।

সভাপতি—( হৌগত্তুনা ) মথংদা ফৈজাও এক্স মেম্বরনা কলাগী মরমদা খরদং হায়বিনবা হায়জরি।

ফৈজাও—( হৌগত্তুনা ) ডসি তিনবীরিবা ইপা ইপল ইচিল ইনাও, ভদ্রলোক ১সুং ভদ্রমহিলা পুম্নমক! ঐখোইনা কুইনগী আশা তৌরবলবা জাতিগী কলাবিদ্যালয়গী মং অসি ডসি

ঐখোই মিত্ত উবা ফংলে। অসিগুম্বা বিদ্যালয় অসিদা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্তুনা চোংশিল্লকইবা মীতাশিং অসি ইমা পোক্লফম লমদমবু হুংশিজবা মচা ঙাক্তনী হায়বদা অরানবা থোইনা লৈরোই। অসিগুম্বা ইমা পোক্লফম লমদম্বু হুংশিজবা মচাশিংনা নোংমা নোংমগী মশীং অস্থম য়ামখৎলক্তুনা মপাল নাইদনা মগুন্দি লৈজবী, মীনদি শকখংদ্রিবী ইমা মৈতৈ লৈমবু জগৎ অপুম্বগী মমাংদা মাইপাক্লা উত্তুনা লেপ্প ঙমনবগী দমক শ্রীগোবিন্দজিউগী চরন্দা ঐখোইনা হন্না হন্না খুরুমসি। হৌজিক কালগী মণিপুরদা চেল্লকইবা ইচেল অসি য়েংলগা ঐখোইনা লাইনা খংবা ঙম্মী—মতুদি ভারতবর্ষগী কলাগী ইচেল অসি থম্মোই হুংদা রসগী ফিবমতা ওইতুনা থন্নরম্বত্র হোংদোক্লক্লে। রুসিয়াদা কলাবিদ্যানা জাতিগী শেংদোক্লবা অমদি শেমগৎশাগৎনবা হোৎনরিবত্র ভারতকী কলাবিদশিংনা রুসিয়ানশিংদগী অমুকস্থ হেন্না নিংথিনা শেমদোক্তুনা দেশপু জাতিবু থাঙ্গে শেংনা হুংশিহনবা তম্বীরি। অত্নগা পোক্লফম লমদমগী খুয়াদা মরাল লংজখিবা মচাশিংগী মরাল অত্নস্থ শেংদোকপীনবা হোৎনৈ। খুদমগী মশক ওইনা ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রগী আনন্দ মঠ, মতুদা মরু হুনখিবা "বন্দে মাতরম" হায়বা মহা মন্ত্রনা ঙসি ভারতকী মীনাই য়োংহিলং নানথোকপগী থাক অসি য়োরকলিবনী। মহাকবি দ্বিজেন্দ্রলালগী "মেবার পতন" নচিংবা নাটক কয়াদা করম্না ভারতবাসীশিংগী মরালতনা লৈখা তাখিবনো, অত্নগা মত্নগী প্রায়শ্চিত্তনা করম

তৌবা হৌনৈ অসীনচিংবা তশেংনা তাকলি। হৌজিক অমুক টিপুস্নুলতান্নচিংবা অনৌবা নাটক কয়া অতুগা মণিপুর ফাওবদা "মোম্নু থাঙ্গাল" "শকখংদবী" নচিংবা নাটকশিংগী অবদান অচম্বরা খন্দুনা য়েংবিয় ! মাইকৈ অসিদা থোইনা নৈনরুদ্রবা অতুগা মণিপুররাংমগী অবস্থাস্নু থোইনা য়েঙগু-দ্রবা মীতাশিংনা অখংবনি অশিংবনি হায়তুনা পংঙাং ঙাংবা অতুগী মরা লৌরুতুনা ঐখোইগী জাতিগী থোইনা কান্নফম লৈতে। খন্দুনা য়েংবিয়ু—কংগ্রেস সাহিত্য সজ্ঘগী অভ্যুদয় নৃত্য নাট্যদা কলিকাতাবাসীশিংনা অতুক পৈসা তিংনা ফমফম ফাওবা ফংনদবা মখৈ য়েংনখিবা মরম করিগীনো ? কংগ্রেসকুম্বা রাজনৈতিক প্রতিস্থান অমনা করিগীদমক কংগ্রেস সাহিত্য সজ্ঘ হায়বসি লিংলিবনো ? অতুগা অমুক বিশ্বকবি রবিন্দ্রনাথকী ঈশৈশিং অতু মহাত্মা গান্ধীজিগী ভজনাবলিদা অচেৎপা ভক্তিগা লোইননা থম্বগী মরম নিংথিনা খনবিগদবনি। ঈশৈ হায়বা অসিদি পীক্লিবা অঙাংদগী হৌনা হম্নুবা ফাওবা পামদবা কনাস্নু লৈতে হায়বা য়াই। ঈশৈগী মতেংনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবন' শ্রীরাধা কৃষ্ণগী নিত্যলীলা লাইনা শন্দোকলম্মী। অসীগুম্বা ঈশৈ অসিতনা ঙাইহাক্তংদবু ওইরবস্নু সমাজবু ঈশ্বরগী চরণ নিংশিংহল্লি, ঈশৈতনা ভক্ত রামপ্রসাদনা মুক্তি ফংখি। ঐখোইনা নাটক ( থিয়েটরস ) হায়বসিবু তরাই তরাইনা মমল লৈতবগুম খনবদি চুমদে। পুরাণ নাটক পুন্নমক অসি কবিগী কল্পনাদগী শোকপা মরমনা কাব্য ঙাক্লি—

কাব্যগী মনুংদসু নাটকনা খ্বাইদগী হেল্লি, মরম অসিনা ঋষি কবিশিংনা—কাব্যেষু নাটকংশ্রেষ্ঠম্—হাযরিবনি। শ্রীরূপ গোস্বামীগী "ললিতমাধব, বিদগ্ধ মাধব" নাটক অনি অসি বৈষ্ণব জগত্তা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ঐশ্চর্যা লীলা, মাধুর্য্য লীলাগী রস শন্দোকপদা ফাওরিবনি। জগৎগুরু শ্রীশ্রীশঙ্করাচার্য্যগী ব্রহ্মজ্ঞান প্রচারদা "প্রবোধ চন্দ্রোদয" নাটক থোইদোক্লা শীংথানরিবনি। নাটকতগী থোরকপা নিংথিবা রসকী থোং-মেংলবা ইচেন্না থরাই হকচাং লুপ্না মণ্ডালগী অরোইবা থাক্তা, মীওইববু লাইনা পুবা ঙম্মী। মুক্তি উপায কয়াগী মনুংদা কলাবিদ্যাবু হন্না হন্না প্রশংসা তৌই। কলাবিদ্যানা জাতি অমগী চাওখৎপগী থাক কদাই যৌরবগে হায়বসি নাটকতনা উৎপা ঙম্মী হাযবসি জগৎনা খংনবিবা রাফমনি। ঐখোইগী মরক্তগী অসিগুম্বা কলাবু মুংশিবা অমা অনিদং য়াওরকপদা ইজাতিগী কযা কান্নবগে হায়বত্ত রাহৈনা লাম্বা ফংদে। ভারতকী নোংপোককী কলাকেন্দ্র ওইনা লৈরিবা মণিপুর অসিগী আয অসি থাঙ্গৈশেংনা খঞ্জিল্লুরবদি লৈশেমঙৈদগী ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা তাংলবা কলাসি মণিপুরী ঐখোইগী থাঙ্গৈশেংবা লম্নি হায়বদা য়াম্না চাওথোক্লা জগৎকী মমাংদা হায়বা ঙম্মী। ঐখোইগী কলা ঐখোইনা পৃথিবী থুংনা শন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা ঐখোইগী অশেংবা ইরল কলা অসিনা ইরৈপাক্কী আয় ওইনবা মণিপুরদা ষ্টুডিয়ো অমা থম্নবা হৌজিক ফাওবা হোৎনদ্রিবসি ঐখোইগী অচৌবা অরানবা অমা নত্রা?

মীগী মমাবু ইমা কৌরুবা, মীগী মরলবু ইরল হায়রুবা য়াদে ; ইরলতনা ইরল লৈনবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা আয় লাক্লনবা লম্বা ষ্টুডিয়োন চংবা থন্নবা হোৎনদবা, ইরল তশেংবা মশক খঙদবা, ঐখোইগী জাতিগী শিক্ষিত অমসুং জাতীয়তাবাদীনি হায়না দাবী তৌরিবশিংগী রাখলসি করিনো ? হৌজিক মৈতৈনা কলাগী করম্বা থাক্তা লৈরিবগে হায়বসি খন্নবা য়ারে। মৈতৈগী অশেংবা অয়াম্বনা পান্নরবা সুর-তাল-লয় নচিংবা উৎনবা রেডিও সেণ্টর অমা থম্ফম থোক্লব নত্রা ? রেকোর্ডিং মেচিন অমদি মসিগী মরমদা নৈনবা অখংবা নিপা অমা ফাওবা চোংথোকলক্ত্রিবা অসিগু অমম্বা অমনি। কান্নদে ইচিল ইনাও ময়াম পুন্নমক ঐখোইনা ঐখোইগী মান-ইজ্জৎ ঙাক্তুনা মীমাংদা মাই পাক্লা উৎপা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মসি মতম পুন্নমক্তা থম্মোইদা কাওরোইদবনী। হৌজিক্তি ঐখোই পুন্নমক্লা ইরৈপাক ইজাতিগী মঙ্গল ওইনবা হোৎনবদা য়ৈথাই থিঙ্গাই থোক্তনবা শ্রীগোবিন্দজিউদা তত্তনা খুরুমসি ঐ মসি হায়রগা লোইজরগে।

সভাপতি— (কৌগৎত্ত না) ঐনা অরোইবদা হায়জরি ঈশৈনা জাতিগী আয় ফাওবা লাক্লবা আশা লৈ হারবসি ঐখোইনা খংলে। অতুগা ঈশৈনা মীওইববু ঈশ্বরগী লম্বী মুক্তিগী থাক য়োহল্লি হায়বসি বক্তাশিংনা নিংথিনা হায়খ্রে, মসিগী মরমদা ঐনা অমুক শাংনা হায়জররোই। ইচিল-ইনাও পুন্নমক্লা মাইকৈ অসিদা অতনবা থাদোকতুনা জাতিগী

কলাসি জগৎকী মমাংদা মাই পাক্লা উৎপা ঙন্নবা নোম্বদা অপনবা লৈতবা শ্রীগোবিন্দজিউনা পিনবিসন্নু।

শৈরোই

---



# অনিশুবা থৌপা

( প্রভা, কুমারী ঝারি শানা লাগই । )

প্রভা—কুমারী ! নঙনা হয়েং কারকপদা ঐখোইদা চংঙকউ, নং লাক্লিবা ফাওবা ঐ ভাইতুনা লৈরমগেকো ।

কুমারী—ঐদি ইচেখোইদা চঙঙকপসি ওম্থোক্লা কীগ্রে, থোঙ্গান্দ হেক্ত কৌরককেকো !

প্রভা—ঐখোই ইমুংদা চংঙকপবু কনা কীরিবা ? ইমাবুরনে নংনা কীরিবো ?

কুমারী—ইচেখোইগী ইমানা করিগীনো খংদে ঐবু উরগা পংশাওদা শাওই অতুদা—

প্রভা—ইমাগী ফিবম্না শাওগনবা মানবনী কৈগু হায়রোইদা, হয়েং নং লাক্লি ফাওবা ঐ ভাইরমগনি চঙঙক্কবা য়াদেকো । নং ঐবু করি অমত্তা মুংশিদবা মাল্লে ; ঐদি মুমিৎ চুপ্পদা নংবুদা খন্দুনা লৈ, কৈনো খংদে নংগী নশক অসি য়েঙিঙ মখৈ ইপেন পেন্দেবো !

কুমারী—এঃ ! শকথিবা ঐবু, ইচেনা মুংশিবিতুনা হায়বিরিবনী । এঃ ! কনা কনানো আদা লাকইবসি ইচে য়েঙঙু । ঙশাই ঐখোইনা থোরকপদসু য়াম্লা য়েংহৌই । মখোইনা হৌজিকসু ঐখোই তুং ইল্লকইমাল্লে খর কল্লা চৎসি ইচে ।

প্রভা—কনা কনানো ? ওঃ ! চৎসি চৎলো ।

( প্রভা কুমারী ঝারিশানা শানা চৎথি, কোইয়েং সেঙোইসু তুংইল্লকই )

কোইরেং—ঐদি মাবু হেক উরুবা মুমিত্তগী মাগী রাখল্দা পোৎথাফম ওইরিবনী ! আশাগী পাল্লবা ইয়াইদা লম্মুক্করবা মীওইবনা করি ওইবা হৌনবগে মরুপ ?

সেঙ্গোই—বন্ধুনা ঙাংবা রা অসিনদি অশিহৈবোংগা মান্নবনিনা ঐখোইনা থরাই পংয়াও য়াওশিনবা ঙমদে । রাবুদি মমাদা হায়নরগা য়ানি ।

( থাবল নোক্ক্‌না চঙ্ঙকপা )

থাবল —কনাগী মচানো মমাদা হায়নদৌরিবো ?

কোইরেং—এঃ ! বন্ধু নংসু খল্লু । প্রভা হায়বা অসিগী রানি । নখোই অনিনা থবক অসি পাংথোক্তবা য়াদ্রবনা ।

সেঙ্গোই—মমা খংদনা মচা শেম্বা ঙমবা হৌনদে ।

কোইরেং—অদুবু রা অসি হায়নরুরগা করিগুম্বা য়ারক্কবদি শিরেদকো ?

সেঙ্গোই—মবুঙেঙা ঐখোইনা হায়বা রাবু য়াদ্রবদি মখোইবু লৈবা কয়া মুঙঙাইরোইনে ।

থাবল—করমনা ? ঐখোইনা হায়বা য়াদ্রগা মখোই লৈবা মুঙঙাইরোই ; হুম । মীনা য়ান্না নোকতরনি রা অসি ।

সেঙ্গোই—কনানো নোক্কদৌরিবো ? শক মুংশিদ্রবদি ময়ুম মৈ, মতুগী পররার লৈবা সেঙ্গোই নত্তে ভায় ।

থাবল—হৌজিক্কী মতমদা মখোইসু ঐখোই মঙাইরে হায়দুনা ব্রহ্মপুরদা লৈরিবনী । মপা অসিসু দরবারগী মেম্বর অমা ওইদুনা মতম অমদা লৈপাক প্রজাগী সেবা তৌজরম্বা মীশক্নী । অদুবু ভায়না ওম্বোক্লা কোম্না হায়খ্রেদা ।

সেঙ্গোই—ভায়। ফমচাওরম্বদগী হম্বরক্লবা মী অসিদি অযুক্ত থোকপ থাগ অমতনি। মমা অসি ঐখোই অত্থরাইগী নিঙেগান্নি। মচানুপী অসি মপুংফান চাওরবনিনা—জুং চাবা হায়বদি বন্ধু কোইবেং হোযগুম্বা মীতানা লৌগে হায়রুরবদি মহোযনত্তম হান্না হেক্তা কৎলগে হায়রকঅনি শোইদনা।

কোইবেং—খংলে বন্ধু। ঐ লোইনা ভাবতারে—হৌজিক করম্বা মওংদা চৎথসি হাযবগে ?

সেঙ্গোই - মওং হাযববু বন্ধুগী রাখন্দা লৈবে।

কোইবেং মখোই ইমুংতু মীচং মাথোক্কা মবমদি কমদৌই ?

সেঙ্গোই —মাচং মীথোক্কা বাদ খবচদা লৈবে বন্ধু।

থাবল—হাযনাববা মাতাসি ঐনা রা অমা তাই। অত্থু ওইরবদি থবক অসি কযা খুদোং চাবোইদা।

সেঙ্গোই—ভাবনা তাববু বাববানো হাযযুনে ?

থাবল—বিজয়গা অঙাং ওহাবডেদগী মখোই অনি য়াম্না নুংশিনৈ হায়না তাই। মতুনা অচুম্বা ওইরবদি ইচেন্দা ইরোইবা মপা তম্বা ঙমদে ; ফুদিও মাংজোং চোংবা তানি হায়বা।

কোইবেং থাবল ভাযনা হার্যবাসবু অওইবা ওইরমগদরনে ?

সেঙ্গোই—ইহে। থাবল ভাযগী মরাসি লৌরবদি, লৈকাই ফোঙ-খোন্না খুবাক পোকই হাযবত্থনি। ভায়। রা অসি শাংলগা খোইবনা, কাহবগা ঈশিং চংই। লৈপান্দা শাৎলিবী 'লবাংবু খোইমু কনাগী অবস্থা লৈরাং ওইগদগে মরুপ ?

কোইবেং - অচুম্বনা, মীগী মরা লৌত্থনা কান্নদে। বিজয় হায়বদি হাওবম বিজয়, ওঃ! ঐখোই ক্লাস ফেলোনি। মাগী অবস্থা

ঐ য়াম্না নিংথিনা খংই। চুতংনবা লমজ্ঞা মাগা ঐগা পাবদি—মপুগা মনাইগা পাবনি। মাবু ফনা সুংশিরমহুনস্থু কোইরেংগী ইন্না ইপাও হেক তাবদা বিজয়গী মমিং ক্ষাও পল্লু য়ারোই।

থাবল—চক্ষুদা মিরাংগী য়ুক্ষম ওইহুনগু, মী হায়বসিদি শকমান্নদবগুম পুকচেলগু মান্নদে। মুপীদি নোনা ফজবী, থোংনা উইরবী উরিগা প্রমাণ তৌনৈ। তিংখং পাল্লবস্থু মনাক নকপা উদা য়েংপা মশানা তাবনি।

কোইরেং—অহু অদা খংদে অমা ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু মাবু অবা শক্তি হোংনহুনা লৌবা তাই। করি হায়রবগে ভায়?

থাবল—মহু য়াম্না চুমদবা রাখল অমনি, হায়বদি বাবুনা হান্না লৌরন্বী মুপী মচা'সিবু অস্থুম মাংহল্লগদরা?

সেন্দোই—মুপীদা ফার্ষ্ট সেকেণ্ড থাইবা য়াদে হায়বা রায়েল লাক্লবরা ভায়?

থাবল—য়াবা য়াদবগী রা খংদে ঐনা পামদবগী মতনি। ইনাক খুনবা মীশিংনা লৌ ইংখোল অস্থুম অস্থুম খোপচিনপ্রবদি লাইরবদি লৈফম লৈরকলোইদৌরিনে? মুপী য়াম্না থিগনবা মীতাশিং অসিদি রাখল লৈতে হায়নিংই। লুরিবু হায়গীগু কাইনখি অকোনবগীগু য়ানদা—কহা মাং খুজাই কাই হায়বহু থোকদরা হায়বা!

কোইরেং—কোইরেংগী চিন্দগী থোকপ্রবা রাবু ভমদনদি কদাইদগী তোকদগে ভায়!

থাবল—লাইরেন্দী মগুণ ভাকপদা অপিক অচৌ খাইদনা লক্লং

কাই হায়নৈ। মী ওইবদি লৈতোন্দা সন্না পান্দে। অহুগুম্বা রাহুদি য়ারিমখৈ হায়দোক্তবনা ফৈ।

সেঙ্গোই—( ক্ষুন্নিং খুদাং তাথৎত্না ) থাবল ভায়না অসুক তুকা থিরিবা অসিবু ভায়গী করি নশিল লৈবগে ? ঐখোইস্নু পোকপদগী মীনা চক্রি অমুক্তফাও ওমখিদ্রি ; ফনা য়াম্না নিঙভাই চাওনা হোরকপা মীনি। তুমিন্না লৈরো ; নন্না ইন্না লৌনরম্নুসি ভায়। চৎসি বন্ধু অখং অহে অসি য়াম্মনপ্রহুনা রা ঙাংবসি য়াম্না তন্সিল্লকলে।

থাবল—ঐদি ভায়হোয়দোনা চিরোল খোংনাইবা কয়া হৈতে। ঐনা হায়রিবা রা অসিদি মরূপ অমনা মরূপ অমগী মফমদা হায়ব য়াবা রাফম অহুতনি ; অহুদা ভায়না নখোইদো অহুক য়াম্না থিংপমখৈ শাওরিবু করিগীনো ?

সেঙ্গোই—ইস মিং পাম্বোম অসি ওম্বোক্না কম্না চোংপ্রেদা। নন্না ইন্না লৌনরম্নুশি হায়রমক্তদা ভায়না অসুক শাংথরিশিবু করি পামগে ?

কোইরেং—ইহে ! অরেম্বদা শাওগৎনহুনা রা মাংহুনা তোক্লরনি। অসিবু করি শাওনফম লৈবগে ? ( খাম্বা )

সেঙ্গোই—মী অসিদি চাং য়েংথোক্লরগা কোম্না ভাব তানবনি। হন্দোকউ বন্ধু সেঃ ! ( চংশিনগে তৌবা )

থাবল—মহুদা থাবলনা হনগনিদি খল্লুম্নু।

কোইরেং—হেরা মুংঙাইখিদ্রে বন্ধু নং অসে ( কাবা )। ভায় থাবলসু মখা তাবীরহু। কোইরেংগী রাথল অসিদি লৈপাক্ত

খুচুম্না শুবনি। লুপানা খোং শারগা সনানা পাম্বৈ ওইহনগে হন্দক্তি চৎশি চৎলো।

---

## অহুমশুবা উৎপা

### থ্বম

( নিংথিনা খেম শাধবা কৈকাওগী মাঙোলদা বিজয়না শরৎপু প্রায়ভেৎ তম্বীচুনা লৈংম্মী। মতম কুমিদাংথাইনি। )

বিজয়—শরৎ, মতম পূন্নমক্তা মসি কাওবোইদবনি। মুংঙাই য়াইফবা কেথোক মৌথোকপা মচা মশুশিং অসি মহৈ তম্বদা য়াম্না নাম্তোক্কল্লি। মরম পূন্নমক্ত লাইরিক য়াওদবা য়াদে। অদুনা মতম চানা মথৌ শংহৌদ্রবদি পূন্নমক অরেম্বনীকো। পারা হায়রো।

শরৎ—পৃথিবী পারানি।

বিজয় লাইবিক অত্তু পিবকউ (লাইরিক অত্ত লৌরগা) মণিপুরগী অৱাংগী ভমখৈ হায়য়ু।

শরৎ—নাগা পাহাড়।

বিজয়—খা-গী।

শরৎ—লুসাই চীং।

বিজয় - নোংপোক্কী।

শরৎ—ব্রহ্মদেশ।

বিজয় - নোংচুপকী।

শরৎ—কাছাড জিলা।

বিজয় – য়াম্না ফরম্মেদা। ফাবে পরিক্ষা পাস লৌনবা কন্না হোৎনৌ।

শরৎ—অহোয় (মতমচুদা প্রভা মখুত্তা লাইরিক অমা পাইদুনা চংঙকপা উডুনা) এঃ। ইচে নংনা ঙশাই হায়বড়ু হায়রোরা? ওজাবু ঙশাই ঐখোই ইচেনা যান্না শাওরমলবনি। (প্রভা নোকধেৎ-ত্তৌনা চংখবা)

বিজয়—করিগী শাওরিবা?

শরৎ—খংদে করিগীনো। ইচে ইচে। নংনা ঙশাই ওজাবু শাওবদু করিগীনোয়ে?

প্রভা—(ইমুংদগী ভপ্না থারকগা করিনো মসিগী অভাং অসিবো। ঙশাই ঐনা করি হাযখ্রবগে?

বিজয়—মবম অমদি লৈরমতারে।

প্রভা—অহোয় খংবিদ্রিবোইরে, লৈফম থোকপা মরমদি শোইদনা লৈরমগনি।

বিজয়—লোম্খোর্কবা মিৎকা নরোন লৌদুনা, খোইরুম মোমোন ন্যোকপবু কপ্পনি হ য়না খনবা, খোইমু কনা য়াওরমগনি?

প্রভা—কালেন মুংশা খাংজবা লৈরাং লৈপাকলে! মুরা পাখং কনানা শিঙেঙন লৈথোং শোম্বগে? লৈমাই থক্তা শাৎচবী লৈরাং লৈনম চাওদবনা চীংজাও খোইমু কনানসু লৈরাং খোংঙুল লিবিদে। মপাল মউ অচৌবা অরাংবা পামেন্দা শাৎলিবা শিঙেঙল মাতবু মীহৌবা খোইমুশিংগী হৌনশা নত্রা? লৈরাং মানা কোরৌ মৈশা লাংদনা, শিঙেঙল পোমশাৎনবকপা, কোরৌহনবা তারমদাই, খোইমু মপাও

ফংদনা মাঙ্গ চেংলৌ উদনা, লৈরাং মানা রাজবা খোইমু কনানশু উবিদে।

বিজয়—লৈরাং মানা পোমলিউে, শিঙেঙল লৈনম লোৎপনা মালং ফৌরোই ফংদবা খোইমু মরাল লৈবরা? খোইমু ইঙ্গিৎ নত্তনা শিঙেঙল মানা শাৎলবদি লৈরাং লৈহি লৈরিউে লৈমাই থক্তা কেল্লোইদো, নত্রা শরৎ?

শরৎ - অত্নুবো ওজানা ঐখোইদা ঙসি নিনি হুমনি লাক্তবগী!

প্রভা—করম্বা অঙাংনো মসিবো!

শরৎ—নংনা ঙশাই—ওজা ফরবনিনা পরুরানসু ফরনি লাইরিক তম্বা তোকলো ওজাগী তুং ইলহল্লনি হায়দুদি!

প্রভা অত্নুবুদি মশানা তাবনে, ওজা ফরবদি পরুরানসু— (ফিংজল ইমুং চংখি। মতম অদুদা মণিরৈমা সেঙ্গোই কোইরেং চঙঙকই। মণিরৈমনা)

লণিরৈমা -নিপামচা, নচে লাক্লবরা? ইয়াশা চঙঙকউ! হায় নুপীমচা, নং তামো হোয়গী ফিদা অমত্তা। ইহে (ফিদা লৌহনা থারগা) চঙঙকউ ২ ইয়াশা ফিদাশিদা ফম্মুসে।

সেঙ্গোই—ফনি ফনি ইনে। লেংসিনসি বন্ধু। (অনিমক চংহনা কম্বা, মণিরৈমা ইমুংদা চংখি)

বিজয়—ওঃ! বাবুহোয় লেংবিরকই।

কোইরেং লাকচরি হোয়।

বিজয়- ঙসিদি স্বাইদা সুম লোইরসি শরৎ ঐ চৎলগে। বাবুখোই ডাহাক ফম্বীহৌখিসি।

কোইরেং—ফনি লেংঙো। ( বিজয় থোকখিবা, শরৎস্থ লাইরিক পুশিন্দুনা ইমুংদা চংখিবা। কোইরেংনা সেঙ্গোইদা ইংগিৎতৌদুনা )

কোইরেং—বিজয় হায়বদু হৌজিক্কী অদুনি।

সেঙ্গোই—হৌজিক্কীদো ( চৈ পাইদুনা তানগে তৌবা; কোইরেংনা ফাদুনা খামলগা )

কোইরেং—থাবল ভায়না হায়বদু।

সেঙ্গোই—অসিনা প্রমাণ ওইবা য়াবরনে ?

কোইরেং—মানা ঐখোইবু উরগা মমাই ঙাংখত্তুনা শাওনা চৎখ্রিববু করিগীনো ? ( মতমদুদা মণিরৈমা মকি হোংদোক্লগা ইমুংদগী থোক্কুনা ঙাংনরমলিবদু তারগা )

মণিরৈমা—কনানোনে শাওদুনা চৎখ্রিববো ?

সেঙ্গোই—হৌজিক অঙাং লাইরিক তম্বীরম্বা নিপাদো !

মণিরৈমা—করিগী শাওখ্রিবা মাদি !

সেঙ্গোই—মরমদি খংহোত্রে মানা ঐখোইবু উরগা শাওরমলিবশিনদি মবুক্ত রাখল অমদি শোইদনা লৈরম্বা তারে ইনে।

মণিরৈমা - হে রাধে তুমিন্না লৈথোকউ ইয়াশিদি। মাগুম্বনবু কৈদোউজরনি। হয়েং ইনেনা মরা হংলগা মখজাইদা খুবাক্লা সেৎ সেৎ থাদুনা তাম্থোকখিনি ; কৈদোউজরনি মানা ?

সেঙ্গোই—ইনেহোয়না মবুক শেংদবা মী ইমুংসিদা নত্রা বন্ধু ? মশানা মবুক শেংদে হায়বা তাকচরমলে।

কোইরেং—হোয় ! আসগুম্বা মীতাসিদি ইমুংসিদা চংহন্দবনা ফৈ। মা নত্রবস্থ অঙাং লাইরিক তম্বীবদি ফর-ফরবা মী লৈদা।

মখোই মবুক শেংদবা মীতাশিংসি চংলগা য়াম্না বদনাম ওইরকনি।

মাণরৈমা —মাবু ঐখোইনা অঙাং লাইরিক তম্বীয়ু হায়রুবা নত্তে। মমাগী শোরাম্তা লুপা চনিখক পুখি। থা মঙা তরুক্কী মনুংদা শিংজগে শেন্দোই লৌবিগনু অঙাং অসি লাইরিক তম্বীজগে হায়ররে; অদুদা নং মাইবুঙেঙানা ফৈ হায়দুনা তম্বীহল্লবনি। মানবু মবুক শেংদে হায়বা খংলবদি মঙকলাক্তুনা ইল্লোইদ্রদো ইনেনা। (ইমুংলোমদা ওন্সিন্দুনা) যেঙেঙাই নুপীমচা, নং তামোহোয় লাকইবসি নংনা শকপা ঈশৈ নুংশিবা অমত্তা তাগেযে। হায নিপামচা, নচেগী হারমনিয়ম অদো থরা পুথোকপিরকউ। মৈতৈলোলগী নুংশিবা অমত্তা খরা লাওনা শকউ। লাওনে সিদা থোরকও—কদাই নিপামচা ঙাইরেনে। নং তামোখোই অসিদি নংহেনবা খ দুবননি বাবু ঙাক্তুনিনে।

কোইরেং — ঙাসদগীদি ঐখোইস্যু নুমিৎ থুদিংগী ঈশৈ তাবা লাকচবা তারে।

মণিরৈমা —ইমু পা অতুন শক্কে হায়বসু অতুম শকউ; মৈতৈ লোলগী শকউ।

প্রভা— ঐনা শকপা ঈশৈ কয়া জুগোৎ চারোইদা!

মণিরৈমা—এপা।

কোইরেং — চসিদি ঈশৈ অমা তাদ্রি মখৈ ঐখোই হল্লোই।

সেঙ্গোই—কৈদোরবগে প্রভা? ঈশৈ অমত্তা শকউ হায়বনি।

প্রভা—হৈজদহুনা তৌবনি।

কোইরেং—হৈ-হৈতে লোইনা খংজরে--অদুবু—

প্রভা—খংবিরবদি অমুক তাকপিদ্রবসু য়ারবনি।

কোইরেং—বন্ধু ঙসি ঈশৈ তাদনা হনবা য়াদেকো?

মণিরৈমা— ওস্থোক্লা পংথ্রেদকো ঐগী ইচা মুপীসে! হায় মুপীমচা, মুপী-মচা নং মতোইনরা; মীনা মুংশিদুনা ঈসৈ অমত্তা তাশি হায়-রবদি হরাও হরাও হেম শক্তোকউ; নংবু ফাদুনা পুখিগদবদি নত্তেদনা। মীশক খংদবী অসি ঙসি শিনিসে। (হৌগঙ্‌না চংখিবা)

কোইরেং - বন্ধু মশা লাক্কনা চিংথোকউ নমদুনা শকহনসি।

সেঙ্গোই—অদুদি লুপা খর পুথোকরকউ-কদাই—ঐ নমদুনা শকহনগে?

কোইরেং—লুপাগী পররার লৈতে, ঈশৈ তাদবা য়াদে। (লুপা নোট মপুল ১ ফুৰিংখাওদগী লৌথাক্ক্‌না সেঙ্গোইদা পিবা)

সেঙ্গোই—ইনে! ইনে ঐ হেক্তা চংজরকলগে? (সেঙ্গোই লুপাদু পাইদুনা টমুংদা চংখি। মতম অদুদা ফৈজাও খোঙ্গানলোমদগী চংঙকপা)

ফৈজাও—করিনে' ইচাশা কোম্থোংককা ইহাং হাংদোকলিসিবো? ঐগী ইচাশিং অসি ওস্থোকনা মথোং চাখিদ্রেদা। (মাঙ্গোল কাবক্ক না ফিরোন হোংদোক্লা কোইরেংবু উদুনা) আ কনানো? করি থবক্কীনো ইবুঙেভা?

কোইরেং—ননাই ঐখোই ইনেগা অসুম

ফৈজাও—ঐবু ভাব অমা তাদ্রে! কদাইদগীনো ইবুঙেভাবু?

কোইরেং—রাংথৈদগীনিমা!

কৈজাও—য়াংখৈদগী, কনানা পোকপনো ? ( মতমমতুদা মণিরৈমা ইমুংদগী থোয়রক্‌না )

মণিরৈমা—কোইজমগী খুড়াইবুঙেঙা কাওবনা পোকপনি, ঐবু থিলহল্লকইবা ; ঐখোই অশোমগী পাখং ঙাকনি। ( সেঙোইসু ইমুংদগী থোয়রকলগা )

সেঙোই—মাইবুঙেঙা ! ( খুরুম্বা অহুগা মখম হায়রগংগা )

কৈজাও—এঃ ! সেঙোই। নখোইদি হিদাকগকা থরুবরা ?

সেঙোই—থকচরে—মাইবুঙেঙা। নহাল কলাবিদ্যালয় সঙ্গাবা হুমিত্ত মাইবুঙেঙোনা ঙাংবতু ওম্বোকনা ফজম্রে ; মীনসু য়াম্না থাগৎনৈ।

কৈজাও—নখোইসু য়াওবরা ?

মণিরৈমা—খুড়াইবুঙেঙা লৈতবদি কয়া কুইরে ইবুঙেঙা ?

কোইরেং - চহি অনিরোম খর হেল্লে।

মণিরৈমা—সম্পত্তিদি কাইদ্রিদনা ? হুংশিদা খুড়াইবুঙেঙোদো হুংঙাইনা পাল্লমপ্রবনিদা.

কোইরেং—বন্ধু চৎলসি।

সেঙোই—ইনে, ঐখোই চৎচরগে। লেঙঙশি বন্ধু·

মণিরৈমা—চৎলো চৎলো ইয়াশা।

সেঙোই—( খর চৎলুরগা ) এঃ ! মাইবুঙেঙা ঐখোই চৎচরে ( খুরুম্বা অহুগা মখম হায়রগত্‌না চৎখিবা )

কৈজাও—চৎলো চৎলো। ইচাশা। শরৎতি মণি।

মণিরৈমা—মচেগা ইমুংদা লাইরিক য়েংলিমাল্লে ?

কৈজাও—মাগী ওজাদি লাকলম্বরা ?

মণিরৈমা— অং লাকঅম্মী লাকঅম্মী, লাইরকম্বি নিংদোন পোমদো, মীনাই মচা মনা মবুঙেঙাশিংছু লাক্লগা শাও লাক্তুনা তোজবা শারম্মী হায় ! ঐ খংহৌদতুনা তৌবনী মখজাইতুদা খুবাক্সা থারগা থীরে মখৈ হায়তুনা তাম্থোকখিদবনি ! হয়েংদি লাক-সন্থু খংগনি তাম্থোকখিদবা য়াদ্রে ; মানা মাংহনগদৌরিয়ে !

ফৈজাও—কনাবুনোনে, মানা মাংহনগদৌরিবো ?

মণিরৈমা—কনাবু ওইগদগে ? অঃ ইবেম্মা ঙাংবীতোনবুনীদনা ; মীনাই মচা মানা শিকচল্লমলমাল্লেদনা, অঙাংশিং অতুগী মমাংদা ঐ ঙসি চান্নবা শিদে হায়বদা খাকপ্রবনি। ঐনদি মাবু থাগৎহম্লিংতুনা ঈশৈ অমতা শকউ হায়রুবদা মানা করি করিনো কয়া থীনা হায়রকপ্রে; মাইদা লৈশাবী নত্তবতুমঙাই ইয়াশিং অতুদি শাওবদি হাযরুম্ন নোক্তুনতুম তাথোকই ! মখোইবু ইরম মচানি হায়তুনা থাগৎলুবা নত্তে। য়া খংপ্রবা হায়নিমা মখোইনা লুপা ৫০ ( য়াংখৈ ) পুথোরক্তুনা সে, সে, শাওরম্ন নংনা চানিংবা অমা চাও হায়তুনা পীববু মমিৎ ফাওবা হন্ন য়েংদেনে মানা ঙম্মীবা পুকচেলবু !

ফৈজাও—মরম চাদনা মীগী মরলবু হেক লৌবা য়াবরা ?

মণিরৈমা—মানা লুপা লৌদবগী মরমদি খংলবরা ? লমজা মচা অসিগী য়াখন্দগীনে।

ফৈজাও—নং লুপা পাম্মনপ্রে ; মীগী মরল লাকউতুনা তোক্লরনী পেম্মা তুমিন্না লৈরো

মণিরৈমা ঐখোইনা ফনবা শিনবদি য়ারোইয়ে ! পেল্লে পেল্লে,

ঐ লোইনা থংলে ; ইমুং অসিগী অহন্না য়াম্না থোকলকইবা নত্রবদো ! ঐখোইস্ু য়াম্না থংগ্রবা নূপীনী !

কৈজাও—ওম্মোকপনিদা—নং অসিদি ঐবু জ্ঞান মেল অমত্তা তাহন্দ্রে। কৈদৌগে তুমিন্না ভহাক্ত লৈখো নংবো। য়েংভোই ঐ রা অমা হায়গে তাও। ঐগী ইফমদদি শরৎনা অমা প্রভানা অমা নত্তে চপমাম্নে। নংস্ু রা ঙাংবদা য়াম্না রাখল তৌগদবনি।

মণিরৈমা—হায়রিবা অসি করি লৈবগে হায়বদি খন্দ্রগা ঐবুদা ফত্তবদা মতাহল্লীবসিবু কৌরিগীনো ?

কৈজাও— অহুবু নং মমানী ওক্ত-শিংদা পূম্বা নংনা কম্না রারক্কদবা নত্রা ?

মণিরৈমা—মমা পোক্তবীনি হায়রুনা ঐনা হায়রুবা পুম্বা থক লৌবিদেয়ে ! ঐখোইগু ফনা কেথোক মোখোক্না হোরকপা মীনী অহুবু ইবেম্মা অসিগুম্বা মীদি ইমানা ত্বেক পোকপদগী উজরক্তু !

কৈজাও ঐগী ইচানুপী প্রভা অসি ওম্মোক্না মরাইবক থীগদোরিদা! ঈ মতুমদগী মমা য়াওদনা য়োক্লক্লে ; হৌজিক নংগা তিন্নবস্ু য়াগনি হায়বা ঐ থাজরক্তে, কমদৌশিবা !

মণিরৈমা—ইচানা চৎলিবা শাজৎ অসি করিনো হায়বদি খন্দ্রগা ঐবু করিগী ফত্তবা তাহন্নি ? ঐনা ভাংনিংজহুনা তোকপনি ; লৈকাই অসিগী মমাংদা মাই অসি থুম্মবনি—সিদগীদি ফজ ফজবা রা য়াম্না তারকলদ্রি ! য়েঙ্ঙুদো ঐগী রাদা পোপ

পোপ তারককদবনি—মমান্নবদি মমিত্তা মচা উরবনি করিনো ;
মানা হৌজিক কাওবা অঙ্গো শাহ্নুনা লৈরিসিবো ?

ফৈজাও—অত্থু পুন্নমক নংনা মাবু রারকদবনি খংলবরা ?

মণিরৈমা—অত্থু থোক্লবদি শিনবীত্রগা কমদোনা ঐনা রারকনি, ইচাসি চাওশিন্নকয়ে, জুগোৎ চাবা মফম অমা য়েংহ্নুনা ময়ুম মকে পান্নহল খোং-হলখিবগী রাখন্দি লৈত্রে ; রাদি অহন্না খংত্রগা।

ফৈজাও—কমদোনা ঐনা রা খংত্রিবা ?

মণিরৈমা—করিগীনো ইমুং অসিদা লমজা অমা য়োকইবা অসিবো ?

ফৈজাও—কনাবুনো নংনা লমজা হায়রিসিবো ?

মণিরৈমা—কনাবু ওইগদগে বিজয়নিদনা।

ফৈজাও—করি—বিজয়দি শক্লংপু লাইরিক তমহনবা ওজানি ; কদাইদা ঐনা মাবু য়োকল্লিবা ?

মণিরৈমা—ফর ফল্লবা মীশ্নু মাবু লোগে য়াম্না হায়রে ! ইমুং অসিগী কৈদানা লাকইবা মীশ্নু লোইনা তন্নবে ! ঐখোইনা অফবা হায়বদি লৌবিরোই ; অসিমক্তবু ঐনা মীগী মচা লৈবা নিপাদা লৈরুবা ঐগী ইরান্নি। মচা লৈবা নিপাদা য়ুম পানগদগী শরুকপুদি শম অসি কোকথোক্লগা লম্বোইহ্নুনা হেক চংখিবনা ফৈ। ( খাওনা ইমুং চংখিবা )

ফৈজাও— ( হন্দং হন্দা চত্তুনা রাখম ভৌরম্না ) উম ! মণিরৈমনা হায়রি রাফম অসি অরানবদি নম্বেসে ! বিজয়বু ইমুং অসিদা চংহনবা য়াস্রে।

# মরিশুবা উৎপা

( য়ুম খর য়ায়া মমবা তেকদোয়বনি ; সন্দোই কোইয়েংগী মওংনি , মালোন্দা কুমারীনা মখুত্ত শমজেৎ মিংশেল পাইত্তনা )

ঈশৈ

অরা তেংথা শক্তমলৈ
লোইবী চীংগোল ভাম্নবৈ ।
মালং খংগোল চাম্নরৈ
ইঙেল লৈও ইঙেললৈ ।।
লৈরাং চেংলৌ নিংথিজৈ
শিঙেঙল নগুণসু মবৈজৈ ।
নিংথিজেনে ইঙেললৈ
অহুবু লৈরাং নপুন্সিদি ।।
লোইখি তুমিন নথস্ত
মপু খুযা ফংদনা ।
মালং খোংলোই ওইহুনা রাইনে লৈবাং নতৌদি ।।
কপনৈ তাইবং পুম্বদি
পামজদেনে ইতা ও ।।

( অইবা—শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ য়াইস্কুল )

( কুমারীগী মতৌত্ত গৌরনা লোয়া য়েংহুনা লৈরম্বা কুমারীনা হেক উবদা )

কুমারী—হৈমা ! তামো—কয়া কুইরে লাকপা ?
গৌর—কুইদ্রি ! হৌজিক্কী ঈশৈহু অমুক্তা শকখোবা ।
কুমারী—হৌজিক ঐনা শকখিবা ঈশৈদো তাহৌবরা ?

গৌর— তাহৌই, ওম্মোক্লা মুংশিথ্রেবো সত্য।

কুমারী—এঃ! হেক্তা হায়জিল্লি মানা।

গৌর—অওইবনে থাজত্রগা ঐঙোন্দা হংজৌ।

কুমারী—ঙাইখো তামো, ঐখোই তামোগা নখোই অনি হৌজিক কদাইদা চৎকদৌরি? ঐখোই তামোনা ঙাইরম্মু হায়রম্মী, নং লাক্লবদি।

গৌর—নখোই তামোনা ঙাইরম্মু হায়রম্বা?

কুমারী—অং।

গৌর (নোক্ননা) নাইম্নু অমা! নংনা ঙরাং ঐঙোন্দ নাইম্নু চনখিবত্থু কোক্লরেদনা।

কুমারী—নত্তে অওইবা তাক্লম্মু; কদাই চৎকদৌরিবগে হায়মি?

গৌর—কদাইদবু চৎলুগদগে? খোংনা পুবা মাইকৈদা মিৎকী পেননবা কুম্মৈ য়েংবা পংচৎ চৎপা হায়বত্থুনিদনা।

কুমারী—পংনা চৎকদগী শরুক শিংনা চৎচৌ; চোপচনি তামো।

গৌর—আই! অত্থুদি কদৌরগা শিংগদগে অথংবা নং থর তাকপিয়্যদনা।

কুমারী—হংদি হংদনা কমদৌনা তাক্কনি।

গৌর—অত্থুবু হংঙিবসিনি থর তাকপিয়্যু হায়বা।

কুমারী—অত্থুবো?

গৌর—হোয়নে।

কুমারী—হুম! তোক্লগে।

গৌর—তোক্কমু কৈস্থু—তাকওনে! হায়ক্লো সে!

কুমারী—হায়ররোই!

গৌর—করিগী ?

কুমারী—তল্লে।

গৌর—তনগনু—হাযরো হায়বা করিগী তল্লিবনো ?

কুমারী—অহুবো ?

গৌর—হোয়নে।

কুমারী—য়েঙেভোই—আতু—ঐখোই তামোদা হংউ। (মতমহুদা
বিজয় চংওকপা)

বিজয়—করি রানো ঐঙোন্দা হংদোরিববু ?

গৌর—ঐ নঙেভান্দা রা অমা হাইরমগে লাকপনি।

কুমারী—ঐ খংঙে খংঙে মানা হায়দোরিবা রাসি।

বিজয়—মসি অভাংসি য়েংঙেভোই। চৎপ্রো চৎলো ইমুংদা। (মুগে
তৌশিন্নবা, কুমারী নোক্ক্না চেনখি)।

গৌর—বিজয় নং মাগী রাখল অসি ভসিদগী হোনা থাদোকওঃ।

বিজয়—মরমদি ?

গৌর—মরম হংহুনা কাম্নদে, ঐনা হায়রিবসিনি ! রাখল অসিবু নংনা
থাদোক্ত্রবদি তুংদা মসিনা অরাবা অমা ওইরনি। হায়বদি
মুংশি মৈশা লাংলবা মীওইবনা তনৌ তনৌবা হৈয়্লাং
লৈরাংশিংদা মতমচাদনা তমথিনা তিল চংহুনা মাংখিবগুম
—অরেম্বদা নংগী নপুন্সিফাও মাংভকপা য়াই। মহাকী রাখল
অহু নংগী আশাগী রাংমদা থমগ্রো।

বিজয়—ঐনা মাগী রাখল অসিবু থাদোকপা তারবদি ইশাবু
ইশানা মীনমজরবনি, মসিদগী হেনবা মহা পাপ অমা অমুক
লৈররোই মরুপ।

গৌর—নং মহোয় ইমুংগী য়াদি তারবরা ?

বিজয়—মহোয় ইমুংগী রা ! করি হায়রবগে মখোইনা ঐবু ?

গৌর—রা অসি ঐনা অমুক হায়হুনা কান্নররোই। য়েংঙেভাই, নং মখোইগী ইমুংদদি হান্নগী মতোগুম্নদি চঙঙ্‌রম্নু। ঙসি নিনি হুমনি অসিগী মনুংদা মানা ঈশিংশোকপা থোরকপগুম্বা তাঙ্গা অমা ভাইরগা রা অসি নং মশামক্ত হংঙু। অদুগা শরৎপু ঙসিদগী কোইরেংবু লাইরিক তম্বীহল্লনি হায়—

বিজয়-শরৎপু ঙসিদগী কোইরেংবু লাইরিক তম্বীহল্লনী হায়রবা ! ঐ ভাব তাদ্রে ; কনানা হায় রা অসি নঙেভানদা ?

গৌর-নংগা মখোইগা লৈনরম্বা মরি অদু লৈত্রে হায়না খল্লো। হায়রকপা মী তাক্তুনা কান্নদে ঐনা হায়রিবসিনী।

বিজয়—রা অসি হায়ররিবা মীশক অদু নং ফাওবা ঐভোন্দ তাকনিংঙ্রবা ?

গৌর—ইহে! মমাগী রানি! লাইরবগী থোংজিল লৈতবনি মরুপ, ঐ চৎলগে নঙেভোন্দা রা অসি হায়গে লাকপনি—ওঃ ! নহাল ঐখোই অনি ভাংনবদু ঐ হয়েং চৎপা তারে নং করি হায়রিবা ?

বিজয়—নংদ কয়া কুইনা লৈরকনী আদা ?

গৌর- লৌ লোইড্রিবা ফাওবা কারকলরোই। ইপাক্কল ইথোনানা কম্না নোমহুনা হুমাং লম্না অমুক্তং থুয়া তুশিংনা পানবা য়াবরা য়েংখিনি। মহুফাওবদা ময়াম্রবদি বস ঈশ্বরনা তম্বা অম লাক্লগনি! নংগী রাখল অদু থাদোকউ বিজয়!

ঐখোই অনি অমুক্তুং লৌ উত্থনা লাইবক চাং য়েংঙু,শি ! লৌ ইংখোল নত্তনা মী ওইবা ভমলরোই নখোই ঐখোইগী পুন্সি অসিদি ! থন্দুনা য়েংঙ ইন্ফাল অসিদা নখোই ঐখোইগুম্বগী করি উপায় লৈরি ? মোহরী কেরানী অমত্তং নোমত্থনা য়েংশি হায়রবসু নঙ ঐবু হেনবা এমএ বিএ মক্তা থবক ভৌবিনবনা পীক থন্না লৈরে। নখোই ঐখোইগী কৈগু উপায় লৈতে নরুলুকত্থনা থন্নুনে মরুপ !

বিজয়—ইস ! ঐ রা ভাংক্ষম খংদ্রে মরুপ ! ন না হায়রিবা থবক অসি ওম্বোক্ক কগ্রে অত্থদা

গৌর—অত্থদা কৈদোরবা ?

বিজয়—ঐসু য়ান্না থল্লবনি ইখোং তেকপা ইমিত্তাংবসু নত্তে, লংকৈ ইফৈ থরদং সহায় উপায় য়েংঙু,গদবসু কুমারীগী থল্লুবদা বুদ্ধিগী ময়া কুমত্থনা তোকলে ; অত্থগী মথক্তা মীগী মরল্লা কোকথোং অমা।

গৌর - অত্থবু নঙনা মসিদা মাঙোলজাও ওইত্থনা ক্ষমত্থনা লৈরগা মীগী শেল অত্থ শিংবা ভমগদোরিবরা ?

বিজয় - ইস কোক অসি শাগ্রে রাখন্দা ঐ।

গৌর—ঐনা হায়রিবসিদি কুমারীসু পুরগদবনি। ইংখোল অসিনা মীগী মরল শিংদোকলমলগদবনি।

বিজয়—কাইথোকগ্রবা মাল অমুক লেপশিনবা !

গৌর—নংনা ক্ষনা কাইনিংদ্রবসু হয়েংদা ভাইরে দরখাস্ত থারক্তুনা নমত্থনা লৌগ্রগদবনি ! অত্থগী শরুকপুদি নংনা হান্না পিথোকগ্রো, কোন্না অমুক হঞ্জনজগে হায়নহৌ — !

বিজয়—উম! অতুনচুম করয়ত্রা? করে অতুদি নং হয়েং অসি চংলুরো। নখোই খুড়াগা মরম পুমনমক হায়া নিংথিনা ভাংনখোকও। অতুগা হায়নবা মরম অতু য়ানরবদি ঐঙোন্দা পাও অমা য়াম থুনা খংহল্লকও। ঐন্দু ইংখোল অসিগী মরম লোইথোক্লরমথিগে।

গৌর—করে নং খুড়াইবুঙেজা কৈজাওগা নিংথিনা মতম থানচনা হায়নরম্মুকো। অতুগা বিজয়, নং ঙসিদগী মহাক্কা লৈনবা মরিছ লৈত্রে হায়না খল্লো। ঙসি মমানা ঐঙোন্দা নংগী নরা লোইনা হায়রকয়ে। নং ভাব তারেদনা মরুপ?

বিজয়—তারে মরুপ, মখোইগী আশা কাইদবা ঈশ্বরনা পীনবা ওইসনু (অনিছ চিংনা য়েংনরগা গৌর চংথিবা)।



# মণ্ডাশুবা উৎপা

( কজনা শেম শাগবা কা অমদা থাবল চৌকী ১দা কমতবা চা থকই। কোইরেং হংগৎ হন্দা চল্লু্না বাথল ভৌই। সেঙ্গোই শেমাইবা কৈজোম অমা শেংলগা চৈজাও ১ পাইদুনা য়াম্না ফিবম চাদনা শেল মাংবগী ফিবমদা চংঙকপা অদুগা কোইরেংদা থুক্রমদুনা )

সেঙ্গোই—বন্ধু নং ৈবু ঙাকউ ঐনা নশা পাইদুনা হায়রিবা অসিনি ঐ লাল্লে ( থুক্রগা )।

কোইরেং—করিনোনে বন্ধু নংনা তৌরকইবসিবু ?

সেঙ্গোই—বন্ধু—মরূপ নং শাওগন্নু। আয়—তা লৈরেঙ্গাও চা পুরকউ? কদাই ঙাইরবনি। (লৈরেঙ্গাওনা চা পুরক্ক্‌না থকপা)।

কোইরেং—করিনো নংনা তৌরকইবা ফিবম অসিবো ?

সেঙ্গোই—হেরা ঙরাংদো নংনা পিবা লুপাদু ইনে মণিদা পিরুগে হায়না সুম থোরকপদা ঐনা অমুক্তং য়াম্না থেংননিংবা মীতা ১।২ দং লৈরিয়ে। মহোইদু কোক হেক থেংনরে। ক্লাস ঙহাক্তং চিংনরুখিসি হায়বদুদ য়ারদি লুপাদু মচা থর পোক-হনশিরা হায়দুনা লাইবক য়েঙঙ্গুবদা ঐগী খুবাক্তা সাহেব ত্রায়ো অদুদদি ঐগী পাইরিবা পুম্নমক নাক য়েৎতা লৈবা মীদগীশু তাপ তাপ লাক্তনা চান্স চান্স—দবলদা লোইনা হেক্তা থাবনি। শো তৌরুবদদি মীগীনা একা ত্রায়ো শিং-নাম্না লোইনা থাবনিনে ঙরাংদগী হোগৎপা য়াদদুনা হৌজিক মমলগা লাকইশিনি।

কোইরেং—করিদোনবা য়াওরুরিবনো ? নং অসিদি

সেঙ্গোই—নং শাওরম্নু বন্ধু, ঐ ইমা হাৎপা পাপ পুগে মভুং মনাও

তোৗররোই—তা লৈরেঙ্গাও চাহ্ন লৈরবদি কপ ৩।৪ দা থকখিগে ভরাংদগী চাকা মরু অমা কাও চারক্লি্রবনি।

থাবল—আরবু শামরবদি চাত্রবস্থ লামদবনিদা। ( লৈরেঙ্গাওনা চা পুরক্ল্না অমুকস্থ পিবা ) খর য়াম্না হৈয়ু তালৈরেঙ্গাও থংঙেদনা ?

সেঙ্গোই—থাংনা শোকপা মফমদা থুম চাইশিনবগী রা অসি তৌনম্লুশি ভায়।

কোইরেং—মায়বীগী মরা তাবদা দিল অসি ওম্থোক্লা মুঙ্ভাইখিত্রে ভসিদি ( পলাংখোক্তা য়াল্লিবা কিয়োলশিংস্থ লৌহ্না সেঙ্গোইদা পিবা )।

কোইরেং—সে! সি হোংদোকও; ভহাক্তা চংথোকউসি।

সেঙ্গোই—বন্ধু ঐভোম্দা চাননা পিয়বরা অসে ?

কোইরেং—হোয়নে লৌরোনে।

থাবল—মাইবীনা ভসি করি হায়বগে ?

কোইরেং—মহোয়গা ঐখোইগসিবু লোনবা য়াদে হায়ব্রা কৈনো অহুদগী খোইদৌসি—

সেঙ্গোই—ভাইখো। কোইজমগা থোংভামগা অসিবু লৌনবা য়াত্রনে ভায় থাবল ?

থাবল—থংদে থংদে মতুগী মরম ঐ থংদে।

সেঙ্গোই—য়ানরমত্রগা ঐনা ৫নি ১০নি লৌরগা বন্ধুনা কোম্না লৌবা করি বেরা লৈবগে ?

থাবল—য়ানবা রানদবগী রাদি লাইবু লাইরি। মশাগী রাবু

তারবরা ? অমম্বদা খুত্থম শিংহ্‌না মংদা কীন্না থাংবা তানিকো।

কোইরেং অহবুদি কোইরেংনা লৌগে খনবা মুপীবু কদাইদা লিৎখিদগে ? অত্থদা মাইবীগী মরাত্থদগী ঐগী দিল অসি।

সেঙ্গোই—হে-হে মাইবীগী মরাবু। মাইবীগী মরানা অচুম্বা ওইরবদি করিগী চৈরাপ পঞ্চাই লিংউনি, মাইবীনা বিচার তৌরনি হায়মি। কৈগু কানদনা অরেম্বদা থমোই মন্নবা ! মাইবগী মচা মগু সিরা ? পাঞ্জিগী মচা মমৌ থাইনত্রবরনে ? ওঃ ! বন্ধু নংগী ফোটোসি ঐভোন্দা পিরোবা ?

কোইরেং হোয় লৌজো অত্থবু কৈদৌনগগে ?

সেঙ্গোই—কানগদবা মরম অমা লৈরে ঐভোন্দা, লেংভসি। ওঃ খোং অসি হুংভাইত্রেদ্রা।

কোইরেং—ঐগী খোংউপশিং অসিদগী নংগী অচাবা অমা খন্দুনা তোংভো।

থাবল—য়ান খোৎনবা ফিরোনকাগু তানচারিভেদা।

সেঙ্গোই—ভায়গী থৌনত্তে। অয়াম্বা মকমদগীনি ঐনা লৌরিবসি।

কোইরেং—ইহে ! ভায় থাবল খুম্মুরম্ম লেংথোকঅসি। ( মতম অত্থদা লৈমা চংঙকপা )

লৈমা—ইচাশা নখোই কদাই চৎকদৌরিবনো ? নিপামচা নখোয়গী চৎপ্রগা হুই অভাওবগুম হজিনকম খংদবত্থ তৌরম্নে। নংগী নন্না নপাওনা নাকোং অসি ফুনগদৌরে ঐ।

কোইরেং—( শাওনা ) মীনাই মচা কনানো ঐগী ইন্না ইপাও ভাংভিবরো ? মমাই অত্থ কাইনবা থাজিনগেনে।

লৈমা—ইহে নং অসিদি মীনা হায়নবা চুম্মিদনা ! করম্ব খোনকম খোল্দানোনে ?

কোইরেং—অহুবু মীগী মতুংদা মীরা ঙাংনরিবা হৌনখংদবা শিংহুবু ঐমা মপাগী মরল হুররে হায়বরা ?

থাবল—তুমিন্ন লৈবিয়ো বক্সু ইমাদা কপ্তেদা।

কোইরেং—কৈদা মুংশিদবা মতম খিত্তস্থ খংউদনা ! ইমা, মীতিল্লগা রা ঙাংবা হৌনদবনি খংউ ? ( ইমুংদা শাওনা চংখিবা )

লৈমা—ইবুঙেঙা সেঙ্গোই নখোই নখোইনা নতাও অসে খর হায়রিব্র। করিনো মানা ঙাংঙি শকইবা চৎলিবা শাজৎ অসি ইন্দোলবু হায়কম খংদ্রে। করিশু হায়জদবী ইমৌ অহুশু মানা চৎহনখরে। মীগীস্থ অহল্লমল পাল্লিবল্লিনা করিবু হায়রিগবা। মাগী শাজৎ অসিদি ইমৌ ওইবগী খাংহনা লৈরম্বনি। ঐ হায়কম খংদ্রবনি নোং হেক ঙানবদগী ফিজেৎ লৈতেংহনা চৎখিবা অসিনা কনাগী য়ুমদা চা থক্তুনা লৈরিবনো হঞ্জিন্নিংবা কান্দা হঞ্জিল্লকই হঞ্জিন্নিংগ্রগা তোকই। মাগী মশাদা থজিক্তং হম্বগী রাখল হায়বহু য়াওদ্রে ! সুমিৎ চুপ্পা ইথক ইরাংদা তাওহনা লৈদ্রে। ঐশু ইচা অনি শুবা নপ্তেকো মুঙঙাইজহৌসহু হায়হনা মানা হায়বদা ইল্লিবনি। মশিদগী খর হেঞ্জিনখ্রবদি মপুঙ্গি মাংবা মী অমা ওইরক-অনি। নখোইস্থ অতোপ্পা নত্তে ইচাগী মরুপ্পীনা ইচা ঙাক্তনি ইন্দোম্না হায়রিবসি নখোই পুন্নমক্তনি। নখোইশু মতম চান চানা নয়ুম নয়ুমদা হঞ্জিল্লু ! মচা হায়বা অম্রিগীদমক

মমা মপা ওইবনা য়াবদি নখোইগী শিত্রবদি কাল অমদা শোইদনা থংডকখিনি। (কোইরেং খাওনা খোরুলগা)

কোইরেং—করিগীনো ইমানা ঐগীদমক য়াবিরিসিবো? মহু থৌ-লৈতনা থৌথিবা কোই! ইমাগী নথৌ গী চংসি লাকও বন্থু।

(কোইরেং সেঙ্গোই খোকথিবা লৈমানা থাবলবু খামলগা বা হায়বা)

লৈমা—ইবুঙেঙা থাবল অমুক্ত ভাইখো। করিনো মানা হৌজিক থল্লিবা য়াখল অসে?

থাবল—মাগী য়াখল অসি অরেপ্পা হায়বা ভমদে ঐখোইগী ইন্দোল ইবেম্মা।

লৈমা—ঐগী ইমৌ অহু লক্ষ্মীনী, য়াম্না লৈক্কনা ফজবী হুপী মচা অমনি। পাম্মুইনে মতুংদা মানা হুপী ১০ (তরা) থিরুত্নগী ঐগী ইমৌ অহুগুম্বদি ফংলোইদবনি! হুপীনা মপামদা কুইনা লৈরবদি ফজবা থক লৈতে। নখোইনা মরুপনি মাগী মপুক্লিং য়ানবা থর হায়বিয়ু।

থাবল—ঐখোইস্নু য়াম্না হায়জরিবনি অহুদা মানা অনৌবা য়াখল অমা।

লৈমা—অহুবু নখোইনা নিতিগী ওইনা হায়জিল্লকবদি মাস্নু করিনো হায়বা থল্লকনী। ইমুং অসিদা মানা য়াদবা থবক্তি ইন্দোলগী হায়তোংবা ভমদ্রে। নত্তে মাবু অনৌবা হুপী অমা থিগে থল্লিবরা?

থাবল—ঐখোইনা ইন্দোল ইবেম্মদা অওইবা হায়দোকপা ভমত্রবননি।

মাগী পুক্নিংদা মুনীনা মপাম য়োগ্রবদি লৌয়রোই, অনৌবা মুনী অমা থিগে হায়না থক্লিমায়ে ?

লৈমা—ইস ! অশুক মুংশিবা ইমৌ অসি কাইনবা তারবা ! হয় গোবিন্দ ইবুংঙ্গো নংনা করি তশ্বীদৌরিবা ?

থাবল—অদুদি ঐশু ইম্বোল ইবেম্মা চৎচরগে । ( চৎখিবা ) ।

লৈমা—আঃ ! চৎলো চৎলো ইবুঙ্গো । হুম ! অসি ওইরেকো নুপ্পানা চায়োকপা হায়বদো ! মাবু য়ারকপা তম্বা ময়াম্বা মতোল অমত্তং লৈরমলবদি অসি য়ৌনা লম হেল্লোইদবনি ঐগী ইচাসি । নত্তে নত্তে, ইবুঙ্গো ননাইবু ইথৌনা পীনবিয়ু ? নয়াথং ডাকপদা থরাই অসি থাবক্তাও হোৎনগনি । করিগী মুপীনি ঐনা পুক্নিং হনগনি । লাইরৈপাক তানগ্রবা ইবুঙ্গো নহাকপু নিংশিংদুনা ইথৌ পাংথোক্কদবনি । ঐ মৈতে মৈতেগী ঈনা ঈশাদা চেল্লি । মমানা মচাবু য়ারকপা তমদবা হৌনবরা ? ঐনা নিংথিনা হায়দুনা হান্নগী ইমৌ পুশিনগনি । য়ারোই, মানা মনিং তম্বা ঐনা য়ারোই ।

---

## তরুকশুবা উৎপা

( কৈজাওগী মাঙোলদা কৈজাও হিদাক থক্ত্রনা বাখল তৌদুনা বিজয়না মনাক্তা লেপ্ত্রনা লৈ )

কৈজাও—ফিদাহুদা ফম্মু অতো। করিগীমো নংনা ইকোই কোইরিশিবো। কৈশু চিংনরুহুদা ?

বিজয়—ঐ থোইদোকপা চিংনব লৈজদে খুড়াইবুঙেঙা ? ঐথোগুম্বনা ইম্ফাল অসিদা অশুম থাংবসি খুদোং চাদবা নোংম নোংমগী হেজিল্লকই ! অহুনা। লাইবক চাং অমুক্তং য়েংজরুগে। খুড়াইবুঙেঙাগী শেনফম অসি হৌজিকমক শিংদোকচবা ভমত্রবনিনা ঐগী ইংখোল অসি লৈবা য়োনবা হায়না রেজিষ্টার তৌহুনা পাইবিহৌরো ঐনা ভম্বা কান্দা অমুক হন্দোকচগে খুড়াইবুঙেঙাদগী।

কৈজাও—করিনো নংনা লমলালবা ওইনা থল্লিশিবো ? থা ৩। ৪ হায়রকলে লৈরবদি খুড়া-শু থর চিল্লে পিরো হায়বনি, অহুদা নংনা ইংখোল রেজিষ্টার তৌরগা পাইহৌ হায়বাশিবু বিজয় ঐ মহু পামদে নংনা হৌজিক লৈত্রগা নংনা তাঙ্গা চাবা কান্দা পিরো ?

বিজয়—খুড়াইবুঙেঙা ভাব অমদা থনবীরমালে। ঐনা হায়জ-রিবশিদি অশেংবমক্লী মতম কুইনা শেন্দোই পুহুনা লৈরবদি ঐঙোন্দা য়াম্না রারক্কনী খুড়াইবুঙেঙানা চানবীরগা ঐনা হন্দোকচবা মতমদা থরা য়েংবিয়ু হায়জবনি। দলিল অসি মশেম রেজিষ্টার তৌনরুনবা খুড়াইবুঙেঙানা পাইবিহৌরো ?

কৈজাও—থংত্রেদা ইচাশা নংশু নমাগী কর্ম্মগীদমক লৌবা শেম্মিনা

শিংদোক্লিংইদো হন্দক খুড়ানা নংঙোন্দা থৌরুবা অসি ঐস্নু রাখংদবা তাররনি ? ( ইমুংদগী মণিরৈমা কোন অমা পাইত্না থোয়কই )।

মণিরৈমা—হুম ! ( বিজয়দা থানা য়েংলগা ) ঐ য়ুম অসিদা লৈনিংত্রেদা অহল রাপেং শুবা ওইনা হেক তৌরহনা অহনা করি কান্নরিবনো ? মুংশিত্রেদা মীশিংসে ! ( শাওনা থোকখিবা )।

বিজয়—মশেম অসি খুড়াইবুঙেঙা ইপা ইচা রেজিষ্টার অফিস্ত ঙহাক্তং লেঙউরসি ?

কৈজাও—হাঃ ! হোয় ! য়েঙেঙাই করিগী রেজিষ্টারনো, মী ওইবা হায়বশিদি অশিবা মচানি তম্বা ঙমদে তারিখ অহক খংননবা দলিল অসি লৈরগা লোইবে ! নংনা ঙম্বা মতমদা হেক্ত হন্দোকউ ?

বিজয়—অহুদি ননাই ঐ চৎচরগে ?

কৈজাও—চৎলো চৎলো অতো নং কৈশু চিংনরুনুদা। ( বিজয়না থোকখিবগা মণিরৈমনা চংঙকপগা ঙরুবা )।

মণিরৈমা—লমজা মচা মানাশু মমিংকা থানা য়েঙঙম্বা শারিয়ে।

কৈজাও—মণিরৈমা ? নং মতোইনরা ঙ্সি ! করিনো নংনা মীমাং পোমাং নাইদমথৈ মুমিৎ চুপ্পা থোইশাওহনা লুতোন্দ-তা লাকইব অসিবু নং ঐবু করি ওইনা উই হা ?

মণিরৈমা—মাইদা নচা মুপীগী চক্রিমকশু পুবা ঙমত্রিজৈদা ঐঙোন্দা চক্রি অমুক তৌবিরহু ?

কৈজাও—ঙাইখো ! নঙেঙান্দা ঐনা তৌরিবা চক্রি অসি করিনো ?

নুপীমচা প্রভা অসিবু নংনা করামুক মুংশিখিত্রবগে ? নত্তে ঐগী ইচা নুপী অসিনা নঙোম্দা করি হায়রবগে ?

মণিরৈমা—করিনো ঐনা প্রভাবু মুংশিবা মুংশিদবা হায়রিসিবো। ঐগু ইচানিপা মণিমতুম অসি লাইনা হোৎনরগা মুমিৎ চুপ্পা মাগী কদাইদা শোইগদগে হায়রদুনা হোৎনরিবনী। অদুবু ঐনা হায়জবদা মানা য়াবিবা লৈতে কি থংমবা রারক রাভেম্বদি লৈত্রবনিমা মানা মনিং তম্মকইবা নত্রদো ?

কৈজাও—করিদনো মানা মনিং তমলিব অসিবো ! ঐগী ইচানুপী প্রভা হায়বী অমিদিনে। ঐনা মাবু থাগৎনিংদদুনা তোকপনি, ফজবা মশক্তী অরুবা পুকচেল্লা হেল্লিবনি কবিগীনো নংনা মাবু অগুক য়াম্না মুংশিত্রিবা অসিবু—

মণিরৈমা—হরে-হরে-ওঘোক্লা মাল্লজেদা পুকচেল অনি অসে অসিং মক্লা মওইরে লৈকাইনা হায়নরকইবা—ঐদি ঙসিদা থংইদা।

কৈজাও—লৈকাইনা ঐবু করি হায়নরবগে ?

মণিরৈমা—মীয়োল থুংত্রে ঙাওরে হায়রে !

কৈজাও - ঐবু মীয়োল থুংত্রে ঙাওরে হায়নরবা ?

মণিরৈমা—মীনা হায়নরিবদু লাল্লিবরাও ?

কৈজাও—নং লৌবা নিপানা ঙাওদনদি কনানা ঙাওগনি। য়েঙেঙাই ঐ রা হায়গে তাও ? ইমুং মনুংগী নুপী অদুনা মচা মরাবু ফজহনবনি নুপী অদুনা জুগোৎ চাত্রবদি নিপাদুনা ফনা সম্ব তোম্বনও—মথোং চাবা হৌনদে। পুরমক অসি ননো পংবদগী থোকইবনি থংউ ?

মণিরৈমা—মাইদা ঐনা হায়রুবদা অকবা কৌবা লৈয়োই—হায়ল

হায়রকরগা নংমা পোকপা নচাদি নত্তে মহারবা—ঐ অসি-মক্তবু কোঞ্জেং কোককাইগী রাদা তারবনি ঐদা ইপামদা হেক চচচগ্রগা লোইরে —

ফৈজাও—মহ অচুম্বনী নঙনা ঐবু থোইনা প্রেম লৈকম থোক্তে, নঙমা পাম্বদি ঐগী ইরল ইথুম শম্পত্তি অসিতমি নত্রা ?

মণিরৈমা—রারেম অহ থিং ডাংবিরম্ন তাজনিংদ্রেএ !

ফৈজাও—ডাইখো ? নং ভাব তাত্রমাল্লে ঐ অসি নংগী কনানো খংলবরা মণি ?

মণিরৈমা—য়াম্না খংই ঐগী ইপুরোইবনি !

ফৈজাও—অহুদি মপুরোইবা অহুগী মফমদা মাগী সহধর্মীনী অহুনা করম্বা রাঙাং শাজ্বং চংকনি হায়বহুদি খংলবরা ?

মণিরৈমা—অহুস্থ খংই ।

ফৈজাও খংবা অহুননিদনা নংনা ঐবু (প্রভা গুত্তা লাইরিক অমা পাইহুনা চংঙকপা অহুগা)।

প্রভা—ইমা ? শরৎ কদাই চৎখি ?

মণিরৈমা—লৈরক্তা শাম্নরিবনী ।

প্রভা—অঙাং অসে রারকপা মতম অমা নম্বোকখিদোরবনি । শরৎকী প্রাইভেট তম্বীনবা ওজাশিবু লৈত্রবরা বাবা ?

ফৈজাও—খংদ্রে কনাবু তম্বীহনগদবনো ?

প্রভা—মাগী ওজা অমা খর থুনা থিবিয়ু অহুগা মীতাদি ইমাখোয়না রাবা ।

মণিরৈম—করিনো নংনা ঐঙোন্দা প্রমাণ পাম্বে তোহুনা হায়রি-সিবো ! নংগী থিজয় হায়বা লমজাহুদা ঐনা করি

হায়প্ৰবগে ? মাভোন্দদি ঐগী ইচাসি লাইরিক তমহল-
লোইয়ে—হৈত্ৰবস্ তোকচসন্থ।

কৈজাও—ভাইখোনে মণি নঙ রা ভাংবদা কাহেল্লে থর থর রাখল
তৌনে।

মণিরৈমা—ঐনা রা অমত্তং ভাংবদা হান্না মীচং শক্কল হেক্তা
খাইরকপা, খারেদা খারেদা! তোঃ হৌজিক্তি ঐগী য়ারক্তা
পোপ পোপ তারকইবশি খংবিরেদনা!

প্ৰভা—ইমা পাপ লৈতবা মক্কমদা যম লৈতে! ( চংখিবা )।

মণিরৈমা—হরে কৃষ্ণ হুম!

কৈজাও – অহুবু কৈদোগে ওহাক্তং তুমিন লৈখো! কর কত্ত্ৰবগু
ঐনা হায়রবদি তুমিন্না লৈক্কম থোকপা নত্ৰা নংবো ?

মণিরৈমা—ঐনা হায়রিব রা অসে ময়েকনে ময়েক্কে ২ ( খুবাক খুহ্না
চংশিনবা )।

কৈজাও—চংল্ৰো চংলো হায়—মহা চগুানহুবী নং মভোইনরা!
ঐনা হায়রবদি তুমিন্না ওহাক্তগু মরৈয়ুদনা নঙনা শিনবা
য়াবা মীরা ঐবু! হৌজিক্তি নংগী নবুকচেল ঐ লোইনা
খংলে। প্ৰভা অশে নঙনা পোকপা গর্ভগী নচা ওইরম্নবদি
কৈদৌঙৈদগু মাগী মারা মপাও ফত্তবা ঐবু তাহন্নমলোই-
দবনি নত্ৰা ? নঙনা খংত্ৰবননি মচা হায়বাসে মমা মপাহুগী
মথুত্তা লৈবা মরল অমনি! মরল অহুবু মতম চানা শিজিন্ন-
ত্ৰবদি অরেম্বদ মাংখিবনিনে খংউ ? নঙবু ঐনা ঐগী
ইনাক্তা থম্বদি ইচা য়োক্নবগীদমক্তনি খংউ! (শাওনা চংখিবা)

মণিরৈমা - হেঃ হেঃ! হহুবা নঙোন্দ ঐনা লৈবদি ইশা মুওভাইগে

সনা লুপা ইনিং তোনা শিজিন্নগে হায়বগী লৈবনি অদুগা ঐঙোন্দা চৈ লাক্কুনা তৌজবা শারিয়ে। থংগনি ইমুং অসি মথক মথা ওন্থোকে।

---

## তরেৎশুবা উৎপা

## লম্মী

(সেঙ্গোই হজৎ হন্দা চত্ত্না রাখল তৌরম্মী কোটো য়েংহুনা কোইরেং চংঙকপা।)

কোইরেং—করিনো ঐ অমুক্তা য়েঙগে কদাই ?

সেঙ্গোই - য়াদে অরুবা পোৎনি,

কোইরেং—থরগু উগুম তৌ সুঙভাইত্রেদা সত্য কদাই অমুক্তা য়েংগে হায়বা !

সেঙ্গোই—মশি উহল্লবদি ঐঙোন্দা করি পিগনি ?

কোইরেং—ইপাইপু নোরক্তাগে ঐনা ওন্বা নংনা পিয়ু হায়বা পোৎ পিগে ?

সেঙ্গোই—ভাইথো ঐগী রা অসি অমুক্তা তাথো ? ঐ দারোকা অমত্তা ওইনবা রানোমগে থল্লি মত্থদা বক্কুনা ঐগী ইভেং থরদং পাংবিরো ?

কোইরেং—মেম্বর গুম্বা অচৌবা ফম ওইগে হায়বদি নত্তনা দারোকা ওইগে হায়রিশিবু করিগীনো ?

সেঙ্গোই—ঐনা য়াম্না য়ৈনিংবা মীতা খর লৈ খুৎ পেন্না অমুক্তা য়ৈগে তৌবনি।

কোইরেং—দারোকা ওইরগা মীবু হেক্তা য়ৈবা য়াবরা?

সেঙ্গোই—য়াদরনে বন্ধু?

কোইরেং—কদাইদগী য়াদগে?

সেঙ্গোই—অত্থদি তোকপ তারে।

কোইরেং—(সেঙ্গোইনা পাইরিবা ফোটোদু য়ুন্দুনা য়েংবা) আই আই! কদাইদগী ফোটোনো বন্ধু! ঐগা প্রভাগা কদাইদগীনো হায়মি? হা হা হা ফজত্রেদা সত্য!

সেঙ্গোই—ঐবু বন্ধুনা তরাই তরাইনা খল্লি, সেঙ্গোইনা য়াম্না খল্লগা পুথোকলকইবা হিগাই রাদি পান্দবা খক য়ারোই!

কোইরেং—হিগাই রা অসিনা কমদৌ দৌরিবা?

সেঙ্গোই—তোঃ! নুপী কোইনি হায়বদা মথংবা মীগা মুক্তব্রবদি করম্বা লম্বী চৎলগা শমগদগে হায়বগী রাথন্দি খংবা জাৎনি।

কোইরেং—রাকোই হৌরক্লেদো মরম হেক্ত হায়রু?

সেঙ্গোই—রাকোই মত্তে! ইনে মণিরৈমাদা কাপথিবা তেন্না হৌজিক বিজয় অত্থ মখোই ইমুং অত্থদা চংবা য়াত্রেদনা। বন্ধুগা প্রভাগা পুন্না নম্বা ফোটো অসি বিজয়গী মমিত্তা উহনপ্রবদি প্রভাবু মানা মুংশিবা ভমথিগদরা?

কোইরেং—বেশ বেশ নংগী বুদ্ধি অসিদি শোইত্রে মরুপ হা হা হা!

সেঙ্গোই—লুরিববু ফোটো গ্রাফরনা ফোটো অসি লৌবগী লুপা ১৫০ লৌনি হায়! ঐনা নহাল বন্ধুদগী লৌবা লুপা ২০ অত্থ

এণ্ডভাস্ থনমলবনি। হৌজিক লুপা ১৩০ য়াংলি পিরু-গদবা। ফোটো গ্রাফরগা য়াম্না লুনা তানহ্না থোকহনবা থবক্নি।

কোইরেং—( ফুরিৎ খাওদগী লুপা ২০০ লৌথোক্লগা পীবা। লুপা ৫০ অমা বস্তু লৌজো। নত্তে প্রভাগী ফোটোদি নং কমদোনা লৌরুই ?

সেঙ্গোই—ঐখোনা মখোইদা নোংমা ঈশৈ নমহ্না শকহল্লি হায়রহ্না বন্ধুনা লুপা ৫০ পুথোরক্নুনা ঐনা মহোয়গী ইমুং চঙহুইদনা অহুদা মাগী তেবিল মথক্তা চিঠি থাও অমদা মাগী ফোটোহু নেগেটিপকা কোয়না তাহ্না লৈরম্মে। ঐনা কাল অমদা কায়রকপস্থু খংদে হায়রহ্না ফুরিৎ থাওদা অহুম হাপ্তুনা পুরকই। বন্ধুগী ফোটোগী নেগেটিপস্থু ফোটো গ্রাফরগী মখুত্তা লৈরম্মী অনিহু তাইশিন্নরগা অমুক পুন্না লৌথোকপনি প্রভানা থংবা পোৎ নত্তে।

কোইরেং—বেশ মহুদি মাথা লৈবগী থবকনি। অহুগা মসি কনাদা পিথিসিগে ? ( থাবল লাকপা উহ্না সেঙ্গোইনা )।

সেঙ্গোই—থাবল ভায়দা পিথো মাবু পাংথোকহল্লু ?

থাবল—করিনো, ঐনা পাংথোকপা ঙমলোই হায়রবদি কমদোবা তারিবা ?

সেঙ্গোই—রাকাই হৌররেদো ! কমদোশিবা ?

থাবল—রাকাইগী রা নত্তে। নুপী অঙাংদা হায়রুগদবা পাও ওইর-বদি ঐদি ঙম্মোই হায়দোরিবা। থা খুদিংগী নুপী অনৌবী হোংবা মীতাশি ঐ কয়া হুংশিজদে।

কোইরেং—বন্ধু-নং অসিদি ওন্থোকপা মরুপ হায়বন্থ ওইরে—ঐবু নং করি অমত্ত মুংশিত্রবরা ?

থাবল—বন্ধু চুম্নগী মরুপ অমা ওইনদি য়াম্না মুংশিজে। অদুগা হৌজিক বন্ধুহোয়না লাংভিবা থবক অদুগী ওইরবদি ঐবু য়াওহনবীগনু ; ঐ কয়া পামজদে।

সেঙ্গোই—নত্তে থাবল ভায়বু পুন্সি অসিগী য়ুম পাল্লরোইত্রাও ?

থাবল—ঐ য়ুম পাল্লরোই হায়বগী রাফম নত্তে। মুপীবু ফাগীদোনা থাবল ফবা খুদিংগী লুহোংবদি হোংজরোই।

কোইরেং—ঐবু মুপী কয়া শুরবগে ? অহানবা অমত্তং লৌরম্মী ; হৌজিক থাইনত্রে লোইরেদনা ; মা লৌরম্মী হায়হুনা ঐবু পুন্সি অসিগী য়ুম পাম্দনা লৈরগদরা ?

থাবল—অমা থাইনবদা চিংনবা লৈত্রবা মী অদুদি ২শুবা ৩শুবা থাইনবদা-করিশু-চিংনফম-লৈতে অমা-থি-অমা থাইনা-অমা থি-অমা থাইনা কৈশু চিংনফম লৈত্রে।

কোইরেং—রা অদু মথা তারনু বন্ধু। নং ঐ পিশক পিক্লিভৈদগী তিম্নরকপনি ; নং নত্রবদি থবক অসি পাংথোকপা ওমলরোই —উপাই লৈত্রবনি সত্য সেঃ। (খুরুমজরিবসিনি)।

থাবল—হায়মা ! কৈনোনে বন্ধু (কোইরেংবু কোনখৎপা) হেক্তা ভাইন তকপশুম--করম্বা রাফমনো ঐবু অমুক্তদি ভাব তাহনখো হায়বা।

কোইরেং—অরুবা রাফম নত্তে, সেঃ কোটো অসি বিজয়বু অমুক্তা উহনবিয়ু। অদুগা মাঙোম্দা হায়বিগদবদি প্রভাগা

কোইরেংগা য়াম্না হুংশিনখ্রে নং মহোয়দা চংঙু্রহু চোপচনি অসিদা হায়বিরম্মু। সে পাইশিল্লো।

থাবল—( কোটোহু য়েংলগা সেজোইদা সংত্রিক য়েংবা ) ইস! বিষ্ণু ২! সেঃ! বন্ধু, ঐ মসিগী থবক অসি ঐ য়াওজরোই সেঃ! ( কোটো অহু কোইরেংদা পিয়মলগা চৎখিবা )।

সেজোই - হেরা, হুংশিত্রেদা চৎচখিসহু মা নত্রবশু সেজোইগী মী য়াৎকদয়া? ( মতম অহুদা শেলুংবা চৈ অচৌবা অমা পাইহুনা খাওনা সেজোইবু কৌহুনা চঙকপা ) এঃ! বন্ধু কদাই কোটোহু লুপা থরগা পিয়ু লাকইবা অসি ঐখোই ইন্দোমচাগী মচানি মাবু পিহল্লগে। বন্ধু অথাইদা লৈবিয়ু। ( কোইরেংনা লুপা থরগা কোটোগা পীয়মলগা মরম অমদা য়েংহুনা লৈবা )।

শেলুংবা—তা সেজোই! তা সেজোই! ( চংশিল্লকু্না ) তা সেজোই নং করিগী অহুক য়াম্না ওইদবা ভাংবা হোনবয়া? ( সেজোইনা ইংশিংনা থাম্বা ) ভরাংশু হুমিৎ চুপ্পা সানকমদা ভাইরে। য়ুমদশু ইমানা হাৎকদোরে ঘড়ী অহু পুরক্ত্রবদি য়ুমদা হল্লকপা য়াদে হায়হৌরি ( সেজোইনা ইজিংনা থাম্বা ) ঐশু নিপামচানি ভসিদি ঘড়ীহু পুত্রিমথৈ হল্লোই।

সেজোই—ইস! হুমাং শৌত্রেদা ( হুরিৎ ভপ্পা লোখোল্লগা কিবম য়েংহুনা মৈ থাবশুম সাওয়বা শেলুংবগী মথাইদা য়ায়া থুনা হুরিৎ অহুনা কুপশিল্লগা ভকথি চপ্প্না শেলুংবগী মথুক্তগী চৈ অহু মুন্দুরো হন্দোকই অহুগা নিজোংলংহুনা লৈপাক্তা থাদয়গা মথাইদা কিন্না থিনবা। হায়খোদনা নচিল অহু, ঐনা ভাইখো হায়না থামলবদি হেক মতোকউ থংব্রা নং, সেজোইবু থংজিবয়া?

শেলুংবা—এঃ! এঃ! খংজরে—কনা কনা লৈবগে অমুক্তা খাম্বীয়ু অমুক্তা খাম্বীয়ু।

কোইরেং—(চেন্দীরক্লা) কৈনো, কৈনো বন্ধু, ঙাইখো ঙাইখো হায়বা। (খাবদোকপা)।

সেঙ্গোই—খামগনু বন্ধু মশিগী অঙাং অসি থর রারকহৌদবা য়াদ্রে। ঙসি হুমনি শুরবনি মানা ময়ুমদা হঞ্জিন্দ্রীবা। নং ঐবু খংব্রিবরা, সেঃ! নং পোৎ অহু লৌরুরগা নয়ুম রোরুখো। (লুপা ৫০ পীবা) চৎলো, ইঙাও ঙাওশিন্নরহুনা শেম্বীরকপা মীশক খংদবা—নং কনানা জার তম্বীরকই?

শেলুংবা—(য়াম্না কিনা লুপাছ লৌরগা) ঐ লানথ্রে তা সেঙ্গোই! নংগী নপান্দগী ঐখোইবু মীনা থর থর খংবিরকইবনি—ঐ চৎচরগে?

সেঙ্গোই—ঙাইখো! (চংশিন্দুনা মনাকোংদা লোন্না বা হায়বা) ভাব তারবরা?

শেলুংবা—বিজয় হায়বদি।

সেঙ্গোই—হেরা নখোই মমাংলোমদা থরা চৎলগা লৈবা মখোই য়ুমনাক অহুবু ... .. ...

শেলুংবা—হাওবমগী ঐখোই তামো বিজয়দরাও?

সেঙ্গোই—হোয়নে হোয়নে হাওবমগী বিজয়—সেঃ (লুপা ১০ অমত অমুক পীবা) মশিনা নংগী চুরুট থক্লনবা কোটো অসি মাবু অমুক্তং উহন্দবা য়াদ্রবা থবক্তি খংলেদনা? অহুগা মাঙোন্দনা অশুম হায়য়ু নংনা, তামোগা প্রভাগা লুংশিনৈ হায়না ভাই

অতুবু হৌজিক্তি কোইরেং বাবুগা লুহোংখিদোরমাগ্নে— হায়য়ু ?

শেলুংবা—ফোটো অসি কদাইদগীনো হায়না হংলকঅবদি ঐনা করি খুমগদবা ?

সেঙ্গোই—হেরা নখোই অতুরাইদা প্রভাগী মমাম্নবী লৈশাবীশিং লৈত্রা ? মানা থাজগদবা মীশক অমদগীনি হায়জিল্লগা লোইরে—সিবু এঃ ! আদা লাকইবা অসি বিজয় নত্রা ?

শেলুংবা – মানি—

সেঙ্গোই—অতুদি ঐখোই আদগী হোটেল অসিদা লৈগে ; শোইবা য়াদে হায় শেলুংবা ; বন্ধু লেংঙশি খর থুনা ; (কোইরেং সেঙ্গোই থোকখিবা। শেলুংবনা বিজয়বু ঙাইরি—বিজয় লাকপা)।

শেলুংবা—তা বিজয়, কদাই চৎলুরিনো ?

বিজয়—থোঙামদা খুড়াইবুঙ্গো কৈজাওগা রা অমত্তা ঙাংনগে চৎলুই ।

শেলুংবা—থোংঙামদা এঃ ! হা হা হা ( শোকপা )

বিজয়—করিগীনো থোংঙাম হায়রগা নংনা নোকইবোঃ ?

শেলুংবা—ঐখোইনা তাবদি তাবিজয়গা প্রভাগা য়াম্না মুশিনৈ হায়না তাই অতুবু হৌজিক্তি কোইরেং বাবুদা লুহোংদোরে হায় চুম্বরা ?

বিজয়—মতুগী রাদি ঐ খংদে নংঙোম্দদি কনানা হায় ?

শেলুংবা—ঐখোই মনিংগী তোম্বী মচানা হায়, মমাম্নবী মশেম্নীনা রারি রাতাই শানমাগ্নে। ফোটো অসিগু মাগী লাইরিক

মরক্ত লৈরম্বদগী ঐনা পুরকপনি য়েঙও্‌সে। (কোটো পিরনা বিজয়বু য়েংলবা ; বিজয় কোটো উবদগী মকোক ওাওহনা)।

বিজয়—কোইরেং—প্রভা ! (চংকে তৌবা)

শেলুংবা—ঙাইখো তাবিজয় !

বিজয়—চুত্তংনবা অম্মুক চারগা হুমিদাং হেনবা ঐগুম্বনা। ইনাক খুনবী রাত্ত পাদবী মাগুম্বীগা হুংশিনবা ইভিকলা ! লাইরবগা লাইরবগা ইনাক খুনবগা ইনাক খুনবগা ! অকুৎপদা লৈভৌবা—অতোংবদা লৈথোনবা মশিম্নিদনা। সে, কোটো (শেলুংবদা পিরম্নগা বিজয় চংখিবা, শেলুংবম্ন কোটো অহ্ন শাওনা শেগায়রগা হন্দোক্লমলগা চংখিবা) (কোইরেং লেজোইনা নোক্লা ২ চংওকপা)।

সেঙ্গোই—সেঙ্গোইনা কাপ্প ভেন পান্দবা হোনদেনে বন্ধু। লগী চংলি হায়বা কাও কাওরেদনা অসে য়েংউ।

কোইরেং—ঙসিদগী বন্ধু নংনা হায়রবদি মী হাৎলু হায়বা কাও য়ারনি ঐ হুংঙাইখ্রেদা সভ্য। (কোটো শেগাইহনা তারবা উবা)।

কোইরেং—মানা শেগাইরমলি মাল্লে—তাম্নহনা হুহোদবা য়াব্রে।

সেঙ্গোই—(কোইরেংবু ফাবগা) ঙাইখো ফিংখিম্ন য়া কাইনহনা তোক্লরনী। কোটো অসিবু পাম্বরা কোকথোং অমা পিগে। ফনবু ফরে মানা শেগাইরম্বা প্রভানা উপ্রবদি য়াম্না য়া থোক্লদোরীবা থবক্রী ; মী ফাদোপকা তাবা য়ারি য়ানিনে ভায়। হুপী অমা খিবা হায়রবশি হৈনি লৈনি হায়ম্বহনা পৎ

পং থংপা য়াবা রা নত্তে ; ভাইখো আদা লাকইবসি ইনে মণিরৈমা নত্রা ? মানি ইস ! ঐ শিরেদনা ।

কোইরেং—কৈথেন কাক্কই মাগ্নে—তাঙা য়েংহনা নং রা থর—হায়নহৌ করেদা ।

সেঙ্গোই—( মণিরৈমা উহনা ) ইনে কদোমদা লেংদৌরিবনো ?

মণিরৈমা—ইনে কৈথেল কারুগে ? নখোইদি কৈদৌরমলিবনো ইয়াশা ?

কোইরেং—ঐখোই - শুম

সেঙ্গোই—( কোইরেংদা লুপা পুখোরকউ হাববা ইংগিৎ তৌহনা লুপা ) লৌরগা মাপী ফিরৈদা লুপা থরা য়েপশিলহৌরুনা মণিরৈমাদা লুপা থরা পীবা ) ইনে মশিদা থর রারোরাদে—

মণিরৈমা—করিগী লুপানো ইবুঙেভা ?

সেঙ্গোই—ঐখোই বক্কুনা ইনেগী করিগুম্বা অমত্তং হানবা হায়হনা কচ্চবান ।

মণিরৈমা—( সেঙ্গোইগী ভাব অহ্ থংহনা মণিরৈমানা লুপাহ্ উত্‌না অহুবু য়াম্মল্লিদনা ইনে থরদা মরোগে । ( মণিরৈমাগী ভাব অহ সেঙ্গোইনা থংহনা মথাদা হমাং কাংনা কোইরেংনা উদনবা মখুৎ তিংথোক্‌না লবী থংপা ) ।

কোইরেং—মহুগী ভাব করি অমত্তা থনবিগ্ন ঐখোইবু হুশিবিরবদি ।

মণিরৈমা—অহুদি ঙসি ঐখোইদা চাক চানরুরসি—নং মাইবুঙেঙাসু নিংথৌখোংদা চৎখি । নখোইসু লাক্কেদো ঙসি নিনি হুমনিসি ইচিক চিক্লহনা হৈনদবনা লোইয়ে ইনেদি । মহান্দো

নখোইনা চংগ্রবা ভুংদা লমজাহুগী পুরান ময়ামছু ইনেনা লোইনা খাক্তবমথৈ হেক হায়বনিদনা নং মাইবুঙেঙাদা।

সেঙ্গোই—( নোক্তনা ) অং ! অং মাইবুঙেঙানদি করি হায় ?

মণিরৈমা—কৈগু থোইদোকপবুদি হায়দে নং মাইবুঙেঙাবুদি ইনেনা হায়রগা য়ানিদা।

সেঙ্গোই— হোয়দা মাইবুঙেঙাবুদি ইনেনিদনা। হন্দকী থবক অসি ফনবা শিনবীয়ু ইনেগী সেবা তৌজগে, হা, নত্রা বন্ধু ?

কোইরেং—ঐদি রা অসি হায়ফম খংদে ; ঙানা বা ঙাংবদা ঈশিংনা পল্লি হায়বছু ঐভোন্দা থোকয়ে।

মণিরৈমা—হেরা ইয়াশিদি নিপানবু রা ঙাংবদা করিগী মচি মরুমদা ঙাংবা হৌনবরা। নবুক্তা লৈবা রাছু দোম দোম হেক্তা হায়দোকউ। ঐগী ইচাহুপী অসিগী অবস্থাগু নখোইনা খংহনা উহনা লৈরে—নং মাইবুঙেঙাগু মশানবু য়ারবদি বেরা লৈতে হায়ারবনি অহুগা নখোইগু রাখন্দী তৌথো। নহানা মাইবা শাবা তাহনবদি য়াদে।

কোইরেং—রাখনগীদি ঐ নহাম্ম লোইজরে। কোইরেংনা হায়প্রবা রাদা অনিশুনি হায়বছু.দ খনবিহু।

মণিরৈমা—ফরে অহুদি নখোই ঐখোইনা হায়নবা ঙাক্লসু চংনদে—ঐগী ইচাশিগী মবুক থংননবা নখোই নশা নশা হায়নগেরা নত্রগা মী অমবু হায়হনগেরা ? মশাগী রা অমত্তদি তাখিসি অহুগা কোন্না অমনি অমনি থন্নরসি করি হায়বগে ?

সেঙ্গোই—মসিদা মীগী মরা কান্নদে, বন্ধুনা অহুম হায়নবনা কৈ।

মণিরৈমা – ফরে—ঐ চৎলগে। হোরেন হুমিদাংদো চাক চানরশি শোইনবা য়াম্রেকো। ( চৎখিবা )।

সেঙ্গোই—ফনি ফনি লাকচনি ইনে। হন্দক্কী থবক অসি বন্থু ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা মাম্লে হায়বথুমক থোক্লে। রা খংবী হায়বী হুপী অসিমক্তি থাগৎপা য়াইকো। রা অসি চেনা পন্দবী, ইহে! রা অমা কাওহোরেদো!

কোইরেং—হোরেন হায়নরশি চৎশি চৎলো।

---

## নিপানশুবা উৎপা

( বিজয়গী য়ুম থোং চাননা লোন্দে থম্ ঙাশিঙ্গি মী অমত্ত লৈবা উমে প্রভা চংঙকপা অদুগা কোইরেং য়েংবা ঙকনা )।

প্রভা—মী অমত্ত লৈতবরা কৈনো? ( কুমারীবু উবা ) ওঃ! কুমারী কুমারী! কৈদৌরিবগে নংবো অত্থদা?

কুমারী—( কুমারী শাং থম্রা পুত্থনা চংঙকই, শীং অদু থম্লগা মখুৎ লোয়হনা ) নমস্তে ইচে।

প্রভা—আঃ—নমস্তে। শীং থিরুরিবরা?

কুমারী—হুমিদাংগী শীং থিরুরিবা—ঐ ফিদা অমত্ত।

প্রভা—ঐ ফমলরোই—থারুরম্থু, ঙাইখো নখোই তামোদি কদাই চৎখি?

কুমারী—ঐ অরেপ্পদি হায়জবা ঙমল্লে থোইনদি পংলাপ লাপ-লম্মোই।

প্রভা—কৈদৌরে নং ঈশৈ তম্বকা ইরাক লাক্ত্রবদি, নখোই তামোনা তম্মুরহু হায়বরা ?

কুমারী—তামোদি য়াম্না তমহনিংই—অদুদা।

প্রভা—অদুদা কৈদৌরবা ? নংনা তমনিংব্রবরা ?

কুমারী—ঐশু য়াম্না তমজনিংই—ইমাম্নবীশিংগদি মীমাননব্রবদুদা তামোনা খরা লৈরগা অমুক তমউ হায়রে।

প্রভা—নমাম্নবীশিংদগীদি নংনতুম হেল্লিবনী করিগী মীমাম্নব্রিবা। ওঃ! সেৎপা ইনবদা নমাম্নবীশিংগা মাম্নব্রে অসিরা ? ( কুমারী মরুলুকখিবা ) হুম! লাইর উলেন নংলবী মৈতৈ লৈমগী মপারী মমোম কয়া কয়ানা করি লৈব্রবা মপাল থোংগী মিৎয়েংফমতা ওইবা ফিজেৎ লৈতেংগীদমক অশি-য়োনা মপুক্লিং হম্বখ্রিবসি করিদগীনো ? মীগী মতৌ পামজবা কেথোক মৌথোকপা কাংবু খরনা থোকহনলিবনিকো। ইজাতিগী লংনা শেৎলম ইল্লমলবদি অসিগুম্বা অরাবসি নৌনা হৌরকপা অঙাংগী মপুক্লিংদা পোক্লমদবা যাই। কুমারী! নঙনা হায়রিবা পোৎশিং অসি লৈরবদি ঈশৈদি তমথি-নিদনা ?

কুমারী—তমখিনি ঐ, ওম্বোক্লা হৈনিংখ্রে ঈশৈসি।

প্রভা—( বাখল তৌরগা খুদোপ লৌথোক্‌না পীবা ) অদুদি সে-ঐ লুপা য়াওরক্ত্রে।

প্রভা—মসি কাইথোক্লগা নংগী শেৎন ইম্নবা ফিরোল লৈহল্লু। সেঃ—সেনেঃ! নং মসি লৌব্রবদি ঐবু হাৎপা পাপ পুগদবনি

—পাইশিল্লুসে অতুগা য়েঙেঙাই নখোই তামোদদি মসি ঐনা পীরম্বনী হায়রুম্নুকো।

কুমারী—( ঙক্লা য়েংতুনা ) কনানা পীরম্বনী হায়গদবা ?

প্রভা- তামোগী মরুপ অমনা পীরম্বনি হায়রু। মমখিদোরে ঐ চৎলগেকো।

কুমারী—লেংবিরো ইচে নমস্তে! ঐ শুম লৈজহৌরে।

প্রভা—নমস্তে—লৈহৌরো।

কুমারী—( ইঙক ঙক্লা য়েংতুনা ) করিনো ঙসিগী মতৌ অসিবো! ইচে প্রভা আসনা ঐবু থাঙ্গৈশেংনা মনাওগুম হুংশিবিতুনা পিরমলিবরা। তমোদস্ু—তাকউম্নু হায়, করি মতৌনো, ঐ ঙসি হোরেন তামোনা পংচৈ চৈরতুনা—তান্নতুনা পীখোক-উশিরা অতুগু মানা অমুক পংশাও শাওরক্কদরা ঐ থংত্রে তৌরিসে। এঃ!

বিজয়—( মচলবু কৌতুনা চংঙকপা ) নুপী মচা থাংজৌ পুথোরকউ শীং খিত্ত য়েংঙুগে। ( কুম্বিৎ লোখোকপা )।

কুমারী—শীংদি ঐনা থিরুরে তামো। হৌজিক্কী থান্নবা থাওদি লৈত্রি কমদৌনি ?

বিজয় –অতুদি ঙশাই চাকতো নং চাথোকহৌরুরো।

কুমারী—তামোদি—

বিজয়—ঐ চানিংত্রে নং চারুরো চৎলো। ( কুমারী চংখি ) আঃ! ওস্থোকপনিদকো হে লাইয়বা—নংগী উপায় অসি করি অমত্ত হেক লৈতেদকো। য়েংঙু য়েংঙঙুবা মাইকৈ খুদিংদা

অরাংপগী অরাংপমক্ত মঙাই। চঙঙ্ চঙঙ্বা মফম খুদিংদা হায়জবগী হায়জফম মক্তা, ঐবু ইমিৎ তাংবা ইথোং তেকপা মীশু নত্তেকো। ঐগী ইচল অসিমতং লৈরমদ্রবদি ঐনা চৎ-নিংবা মফমদা চৎখিবদা কনানশু ঐবু থিংবিনবা লৈতেকো। লাইরবা! হে লাইরবা নংগা সঙ্গ ওইহ্নুনা হিংগদগী শরুক-পুদি পুন্সি অসি হু চাহ্নুনা মাংখিবনা হেন্না ফৈ।

কুমারী—(ইমুংদগী থোরক্লগা) তামো? ঐ হয়েং ঈশৈ তম্বা চৎলনি—অসি কাইথোকলগা ঐগী শেৎনা ইন্নবা খরা লৈবিরু। অহ্নুগা তামোগীসু লৈরকও। (খুদোপ পীবা)।

বিজয়—কদাইদগীনো অসিদে?

কুমারী—তামোগী মরুপ অমনা পীরম্মী।

বিজয়—ঐগী মরুপ! অওইবা হায়য়ু নং মীগী মপোৎ হুরাল্লুরবরা? হায়যুনে ক'রিগী ভুমিন্না লৈরি? নং মতোইনরা ঙসি।

কুমারী—হুরাল্লুবা নত্তে ইচে প্রভানা পিরম্বনী।

বিজয়—মানি! প্রভাগী খুদোপনি ঐ মশক খংই। সেঃ! শি পাই-শিল্লু। পিথোকউশি চৎলু।

কুমারী—তামো! ইচে প্রভানা মসি লৌত্রবদি মাবু হাৎপা পাপ পু হায় অহ্নুদা ঐ লৌদবা ঙমত্রহ্নুনা লৌহৌরবনি; হৌজিক অমুক পিরুরবদি মানা করি খনথিনি?

বিজয়—মহ্নু চুমদে মুপীমচা ইবুংনা হায়বা ইল্লু মথোইনা ইনাক খুনবনী ঐথোইনা লাইরবনী মতম অমদা মীনা রাহৈ লাকচ-খিনি। ইবুং লৈরি ইচলগী করি রাৎকনি। চৎলু ইবুংনা

হায়রি নংগী ক'রিশু দোষ লৈতে ইবুং লেপ্পীগে পিথোকউদি-চৎলো। ( ভুংথ মাংথ থোকখিবা )।

---

## মাপলগুবা উৎপা

### মুম

( নুমিদাং কৈজাওগী মাজোলদা কোইরেং মণিরৈমা নাপ্পি শারবা )

মণিরৈমা—কৈগু চিংনমুদা ইনেনা ফনবা শিনগনি। নখোই অনি নাম্বা চানৈ—মাগু ময়ুম মকৈ পানবা মতম ওইরে নুহোং-দর্বাদ য়াদেকো ?

কোইরেং—ফনি ঐগু মত্থনা পামজে।

মণিরৈমা—বিজয়বু নংনা চিংনৈ হায়রুনা ইনেনা ইমুং অসিদা মখোং-ফাওবা তাহন্দ্রবনি। চফু ইরান্দা মিরাংগী মুক্ষম ওইবা মহাক্না মশাগী অবস্থা মশানা থংজত্রবদি ইকাইবা নংবা মশানা তাবনি ইবুঙেঙা। ( কোইরেং নোকপা ) হৌজিক মহাক ইম্ফালদা লৈবা ওমত্রত্থনা মচল পুত্থনা লরাইদা চৎলনি হায়।

কোইরেং— অওইবরা ইনে ?

মণিরৈমা—অওইবনি, লাঙঙথেন্দা গৌর হায়বত্থগী মথুড়া অমা দৈং মাগী মনাক্ত লৌউত্থনা চহি ১।২ দং লাইবক য়েঙজগে হায়রম্মি নহাল নং মাইবুঙেঙাদা।

কোইরেং—অত্থ ইনে চাক অসি কৈদৌঙেনো অমুক্তগা চানখিদ্রি করি হায়বগে ?

মণিরৈমা—কৈদৌগে ইয়াম্‌দি হয়েংশু হেক চানখোল্লগা লোইরে অত্থবু করি লৈবা থবক্লো ? ( মতম অগদা প্রভা ইমুংদগী কোন অমা পাইদুনা খোয়রক্লগা পুম্ব্রিরোমদা চংখিবা ) মুপীমচা নং তামোগী হিদাক ভাম্বক অমত্তং হাপ্লকউদনা ?

কোইরেং —ঐ চুরূট য়াওজরি হিদাক অসি কয়া হৈনজদে। ইনে হয়েং অসিশু শোইদ্রেদনা ?

মণিরৈমা—হোয় হোয় চানসি ( ইঙ্গিংতোরমজগা ইমুংদা চংখিবা, প্রভাশু চংশুকপা উথদা )।

কোইরেং – ( হৌগত্তুনা প্রভাগী লখী থত্তুনা ) ইবেম্মা হয়েদি পুজারী ওইবা তারেদো ?

প্রভা – করিগী ওইরবনো ?

কোইরেং—হয়েংশু চাকসি অমুক হনথিবা তারি।

প্রভা—ঐনা খোংবদি কয়া জুগোৎ চারোই বামোন অমা নেল্লগা খোংহনবনা ফনি।

কোইরেং—ঐদি বামোন মখুৎ চাদে, হয়েংগী চাক অসিদি য়ুমদিদ চাকনে শোইনরম্নুশিকো ? শোইনদবী ইনে ঐ চৎচরে।

মণিরৈমা—( ইমুংদগী ) ইবুঙো পানা হাখোনে ?

কোইরেং—ঐ চাজররোই ! ( প্রভাদা ) ঐ চৎচরে।

প্রভা—ফনি লেংবিরো।

কোইরেং—( চৎনা চৎনা ) শোইনত্রবী কো ? ( চৎখিবা )।

প্রভা—ওম্মোকপনিদকো।

মণিরৈমা—( ইমুংদগী খোয়রক্লগা ) হায়মা চৎপ্রবরা ?

প্রভা – চৎত্রে।

মণিরৈমা— ইবুঙেঙা, ইনে পাও অমত্তা হায়খিগে ( অঙ্গখিরা, প্রভাগী ইমুংদা চংখ্রে ; থোংগাল লোমদগী কুমারী কিরা কিরা চঙখ্রকপা হেক কৌবা ওমদনা খোদেম্বা অতুগা মখোনরিরা ইচে হায়না কৌবা )।

কুমারী—ইচে ইচে প্রভা লৈবরাও ?

প্রভা—( ইমুংদগী থোরক্লগা ) হাইমা কুমারী ! করিগীনো অশুক থেংবদা ( কুমারী খুম্ব' ওমদনা মমিত্তা ইরা চেম্পুনো মহু দুকথখি ) করিগীনো হায়য়ু হায়মি ?

কুমারী—খুদোপ অসি ( খুদোপ পীবা )।

প্রভা - কৈদোরবগে খুদোপ অতু ঐনা নংঙোন্দা পিরবনে।

কুমারী—ঐ মসি লৌজররোই ইচে।

প্রভা—নখোই তামোনা চৈরবরা ? ( কুমারী খুমদে ) ফরে অতুদি নং অসিদা ঙহাক্তা লৈরমখো। ( ইমুংদা চংখবা, কুমারীগী ইঙক ওক্লা ঙহাক লৈরগা থোঙ্গালোমদা য়েংঙি অতুগা )।

কুমারী--ইচে ঐ চৎচরগে।

প্রভা—( ইমুংদা খুম্মকপা ) ইচে লাকয়ে ঙহাক্ত লৈরমখো। ( মহোম অমা পাইহনা ইমুংদগী ফিংলপ থোরক্লগা কুমারীগী মখুত্তা মহোমহু পীবা ) নংনা খুদোপ লৌ হায়বা য়াত্রবদি সি পুখো চৎলো।

কুমারী—ইচে ঐ মশিঙ্গু লৌজররোই।

প্রভা—ওম্বোকইদকো নং অসে—সে, নত্তে নংনা মসি পুখিত্রবদি ঐ মপোক অসিমগী নংগা কোনররোইদবনি চংঙু চংনরোই সেঃ। পাইশিনলো। ( কুমারীনা পাইহনি খরা চৎপা অঙাহনা মণিরৈমা চঙকপা মতুগা থানা য়েংহনা )

মণিরৈমা—ঙুপীমচা! কনানো অদো?

প্রভা—ঐখোই স্কুলদা ঈশৈ তম্মীম্নবা মীনি।

মণিরৈমা—(চংশিনক্ল না য়েংবা) কদাই কনানো এঃ! ঐনা চংহনগনু হায়রবা বিজয়গী মচন অত্থু ওইরে। করিনো মানা পাইরিবা ময়োম অ'সিদি (কুমারীগী মথুত্তগী ময়োম মুন্দুনা য়েংবা অহৃগা) ইস! হুম! ঙস্মীদা ইবেম্মা নংনা ঙমশিল্লকইবশে; হায় হুরানবী মানবী হুরানবা লাকইবরা নং অসিদা?

প্রভা—ইমা!

মণিরৈমা—ইমাকা কৌবিনু হায় মুৎন মাংনবা পোকপী! হায় চাকনিবী করিগীনো নংনা ঐখোইগী ফিরোল হুত্থনা পুগে তৌরমলীবদি। নমা নপানদি থোনবীরমত্রবনিনা মীঙোন্দগী হুবা লাকইবরা হুরানবী।

কুমারী—ঐখোইনা লাইরবনি হায়ত্থনা ইন্দোইবেম্ম হোয়দগী পাই অমা ফাওবা নিত্থনা চাত্রি; ঐখোইদদা চৈবিয়ু শিগ্রবা অহল লমল পন্দুনা চৈবিবদি চৈবিনু।

মণিরৈমা—করি মচিনসু থিরি (চংশিন্দুনা মথক্তায়দা শুবাক্লা থাবা) চিঙ্খিবী থীয়ুদনা অত্থক নচিন্দু।

প্রভা—ইমা, ইমা—

কুমারী—ইমা, তামো (অঙাংগুম কপ্লা)।

মণিরৈমা— স্বাইদা কপ্নীরনু নমুমদা কপ্লচৎলো। (ইহৃবা—বিজয় চঙ্ঙকপা উত্থনা মবুংদা কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লা)।

বিজয়—করিগী কপ্নীবনো? ইন্দোল ইবেম্মা অঙাং অসিনা কৈদৌরমলবগে?

মণিরৈমা—ইবুঙো ! মচা ইবেম্বা অসিনা ফিরোন হত্থনা পুগে তোরমলে, মপাজল অচক চাওবা নং অমা লৈরগা নচলবু হুরানহনবনি, লৈকাই তাগ্রিৈনেদা চৎহৌবনা লেমগনি।

বিজয়—ওঃ ! অদুগীরা ? করিগী কপ্পীবনো, ঐনা হায়ত্রা অসি থোক্কনি হায়তুনা ? ইনাক থুনবনা লাইরববু হুংশিদবনি— চৎলু, (মচম পুত্থনা থোকখিবা প্রভাস্ন বা ওাংদনা থোকে তোবা )।

মণিরৈমা—( প্রভাগী মখুৎ পাইহনা ) কদাইদনো মাইথাবী ইমুং চঙ্ঙু চৎলো।

প্রভা ইমা—

মণিরৈমা—ইকাইদবীসি ওসি সিনিসে। চংশ্নো চৎলুনে হায় ইমুংদা ( ইনমা, প্রভা তুবা )।

প্রভা—ইমা—ইমা—অপোকপী ঐবু লোশিনবীরয়োবা ইমা—

---



## তরাগুবা উংপা

## কোইরেংগী য়ুম ( অহিং )

( লৈমা বাখল তৌনা থোররুনা হকং হন্দা চংলি )

লৈমা—লৈরেঞ্জাও ! লৈরেঞ্জাও !

লৈরেঞ্জাও—করি ওইরবনো ? ( কা ১দগী খুন্দকই ) ।

লৈমা—লাও ইমা রা হায়রগে, থাংমৈ লালটেন্দু থর চমথংলকউ ।

লৈরেঞ্জাও—( থাংমৈ পাইদুনা থোরকপা ) কদাই লেংদৌরিব্নো ?

লৈমা—অহিং অসি কনা থেংব্রে, হৌজিক ফাওবা হল্লক্তিব্রা শিবু কনাগী ময়ুমদা লৈরিদনো থংব্রে । করিগুম্বা লম্বী লম্মখাংদা মীনা ফুবিদুনা তুদুনা লৈরমগদরা রাপ্রেদকো থল্লাই অসে ! হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রে ননাওদো, কনাগী ইমুংদা লৈরমগদগে নং খংবরা ?

লৈরেঞ্জাও—কনাগী ইমুংদা লৈরমগদগে ঐদি থোইদোকপা খংজদে ।

লৈমা—অদুদি নঙ অথাইকাও চত্লুনা অদুক য়েঙভু্রগেরা ? ঐখোই অনিমক চৎপদি য়াদবনিনা অমনা য়ুম শংহোবা তারি । ফরে ফরে, নং তল্লগা ঐ চংলগে কদাই লালটেন অদু পিরকউ ।

লৈরেঞ্জাও—ঐনা তনবগী রা নত্তে, য়ুম অদুদা লৈরমগনি হায়বদি খংদবনিনা লম্বীদা হকং হন্দা কারল ফুনদুনা তোকদরা হায়বনি । কৈগু তৌরমলোই হুংশা থিবিগদু—য়ুম অমদা ইমুং হুংঙাইনা কল্লদুনা লৈখোকলমগনি ।

লৈমা—মকমবু খংনা লৈরবদি ১০নি হল্লক্লবত্ত কৈ, নত্তে, নং অদুক অসিন্নাই ফাওবা, তোকও তোকও ( ইমুং চংখিবা অদুগা খোমজ্জিনা ) হায় লৈরেঙ্গাও। উপু অসি কনানা হাংই ?

লৈরেঙ্গাও—( চিংননা ) ঐদি খোইদোকপা খংজদে—

লৈমা—নং খংদ খংদবরা অওইবা হায়রু ?

লৈরেঙ্গাও—থাঙ্গৈশেংনা খংজদবনি ঐদি ( কিরুক ২ য়েংবা )।

লৈমা—কৈ কৈ, হয়েংদি নোংজানবদা থানা তাক্লুনা মী খরা ফাহন্দবা য়াজ্রে, নং খংদে হায়বসি অশেংবনিকো ?

লৈরেঙ্গাও—( শোয়াংননা ) এঃ। থানা। ঐ থাঙ্গৈশেংনা খংজদবনি, অদুগা ওশাই মুংথিল কনা কনা লাকপগে য়েঙগু হায়দুনা বাবুমচানা ঐবু খোঙ্গান্দা লৈহল্লি করি পুখিবনো হায়বদি ঐ তশেংনা খংজদে।

লৈমা—নংবু—খোঙ্গালদা মী লাকপা য়েংহনবা মানা ?

লৈরেঙ্গাও—অহোয়।

লৈমা—অদুদি ঐনা হংবদা নং করিগী তাক্ল্লি ?

লৈরেঙ্গাও—বাবুমচানা ইমাদা তাকউম্ম হায়।

লৈমা—য়োং—অপাংবসিদি মানা তাকউম্ম হায়রবত্ত নংনা ঐদি ইমাদা তাকনি হায়বা হৌনৈদনা—ইমুং অসিগী অরু-অহেন অরু-অরুবা পোৎচৈ পুম্নমক উপু অসিদা হাপলিবনি। হয়ানবা হায়বশিদি মমা মপাগী শেজাওজগী হান্না তম্লিবনি, মংম্না মহু কত্তে হায়বা হৌনৈদনা—হায়। ওমশিল্লকয়েদা ঐগী ইচা সি—কৈ তলিদি মা লাকখিসম্ম খংগনি।

লৈরেঙ্গাও এঃ! বাবুমচা লাক্লমালে হুই খোংবা তাই। ( কোইরেং হুই খোংহুনা চওওকপা )।

লৈমা - হায়! মুমিদাংদবু হুই খোংহুনা চংপা হৌনবরা ইকাইদবা? ঙসি নংনা অশুক থেংনা হল্লকইবসি কদাইদা চংলুই হা?

কোইরেং—কৈগু থেংত্রি, কৈগু চঙে, কৈদৌরগে?

লৈমা—কৈগু চত্রবদি করিগী হৌজিক্তা হল্লকইবা, করিগীনো নংনা ঐবু অশুক য়ান্না উশিংত্রিবশিবো? হা করিগীনো খুম্মুনে নচিল অহু ইমুংদা ইমানা করি হায়রমগদগে হায়বগী রাখলগু তৌদবা, কনাগী ইমুংদনো নংনা হৌজিক ফাওবা ফমলুরিব-শিবো, ইমুং অহু অহল লম্নন পান্দরা? মতম চাত্রফাও মীগী ইমুংদা নংনা ফমহুনা লৈথোক্লবদি—মীনা নংবু মমানা মপানা রারক্তবা মচানি হায়নরোইত্রা? ইকাইদেদকো নমাইদো। মমা মপানা রারকপা ঙমত্রবা মী থরগা প্রাণ ওইনা তিন্নরে—নোং হেক ঙানবদগী ফিজেৎ লৈতেংহুনা চংখিবনা নোংয়াই ইতু য়োবফাও হল্লক্তবা, মীনবু অহুম চংপ হৌনবরা?

কোইরেং—ঐবুদা ঙাংঙু, মীগী মচাকা ঙাংঙ্গু চোপচনি। করি-গীনো ঐনা চংপা থিরিশিবো—হল্লকনিংবা কান্দা হল্লকনি।

লৈমা—করি? হল্লকনিংবা কান্দা হল্লকনি, নংনা পাল্লবরা ইমুংশে—মীনবু অন্নম চংপা হৌনবরা শা মকনশু অন্নম চংলম্মোই! রেংউদো ঐনা হায়বসে পোইত্রা হায়হুনা, কৈকাই অসিদা ফরিগুবা ফণ্ডবা খৌলোক অমত্তং কাকপদা নকোইবু মীনা মুণ্ডক মুণ্ডক লোয়দনা তাংনরকলমজি। করাই চংখিবনা

লৈমা—লুপা হনলবা নংনা শো অমা শাহল্লুগ্নিবা ! য়েংগে কদাই কদাইদগীনো ( মথুং ফিংখোকপা ) চসি মতোয়নয়া নিপামচা ? ( কোইরেংনা শো ফুনা পীবা ) ! ইস ওয়োয়া চম্মেদকো নং অসে ! অহুক য়াম্বা শেলদি কৈদৌনগ্রে ? নত্তে নং জুয়ার শায়রবয়া হাইনি নিপামচা, বাবানা হায়রম্বা য়া অহু কাওরবয়া ? নিপামচানি ওাওবা হৌনৈ, জুয়ার অমদি গজা অনি অসিদি তৌহু হায়রমজা ? নং বাবাগী য়াথং কাইহল্লগে খল্লবয়া নিপামচা ?

কোইরেং—ঐনা লৌগ্নিবা লুপা অসিগী মরম কোয়া খংওকনি জুয়ারগী মরম নত্তে।

লৈমা—নও শানদি শায়দেদনা থাজৈশেংনা হায়হু ?

কোইরেং—শায়দে হাইরমক্তদা য়া য়ায়া ভাংগ্রেদা।

লৈমা—করে করে, অহু নত্রবদি চংলো চংলো, চাক অসি চাথোকউরো, ইংওয়িনিদো অসে, হুজিক কাম অসিদা অমুক থেংনা চংপা হৌনবয়সে ! লৈরেঙ্গাও নংমু ভুমজরুরো চংলো চংলো। ( কা অমরোমদা চংখিবা লৈরেঙ্গাওমু চৎকে তৌবা )।

কোইরেং—হাই ওাইখো য়া হংখিগে।

লৈরেঙ্গাও—করি ওইরবনো ?

কোইরেং—মসিগী য়া অদি নংনা ভাকপয়া ?

লৈরেঙ্গাও—হিঃ হিঃ ! কদাইদগী, কদাইদগী ঐ ভাকচদে।

কোইরেং—নচিন থিন্নুদা ইবো, নংনা ভাকউদনা কনদৌনা খওগদগে।

লৈরেঙ্গাও ইমানা উপু হাংদোকউয়গা খুৎকম কাইরে হায়হুনা হংওকপা।

কোইরেং—অহৢদা নংনা তাকথোকপা নত্রা।

লৈরেঞ্জাও—ঐসু অহানবদদি তাকচরে, ইমানা অসুম অসুম হংজিল্লকপা অহৢদা চেনবা য়াত্রহ্নুনা।

কোইরেং—ঐনা ইপাগী মরল লোবদা মীনাই নংগী নথৌ করি লৈ? ইমানা হংলকলবসু ঐ খঙহোত্রে লোইরেদনা অহৢদা নংনা অহৈ অপা শাহ্নুনা তাকউরিবা করিগীনো? ননাহু থদথকে, নং ঐবু খঙব্রা? (য়েংগে তৌবা)।

লৈরেঞ্জাও—(কিনা কিনা) আ! অসিগুম্বা থবক অসি মতুংদদি ঐবু থক খঙহনবিরমু।

কোইরেং—মতুংদা ঐবু খঙহনবিরমু। কৈ, ঐনা ওসাই নতোঙ্গা পীরম্বা লুপা অহু পুরকউ কদাই চাইরে।

লৈরেঞ্জাও—লুপা অহৢদি।

কোইরেং—লুপাহু কদাই চংব্রে?

লৈরেঞ্জাও—ঐদি বাবুনা ঐতোঙ্গা পীরম্লবনি হায়রহ্নুনা করি করি চুরুট বিড়ী থরা।

কোইরেং—নংনা লৈরুবা মাল অহু ওইনা পুরকউ হায়রবদি হেক পুরকউ করিগী অমুক বেরা তৌরি থংব্রা। (মঙক লাক্‌না ইনশিনবা) সেরা, মরলসু নত্তনা মানা অহৈ অপা শাহ্নুনা শোসু পায়শিন্দুনা ভোজবা ম্যারিয়ে নোক্‌ম নোকনিংই। মানা শো পায়শিন্দুনা কদোজরনি ময়াংশিংজংনা থোক থোক হেক য়াথোকলগা লোইরে কৈদোজরনি ঐতোঙ্গা।

---

## অরাপাবোইশ্তবা উৎপা

( ম্যাংগুবেল চীংয়া লোংখাং মথোং বিজয় রাখল তোক্লনা লৈবা )

বিজয়—করিনো ঐগী রাখল অসিবো লরাই অসিদা ঐবু অস্লম লৈরবদি ইচল অসিনা চাওশিল্লকপগা খুদোং অমা চারোই-দৌরিসে। কুমারী অসি মহে মণীং তম্বা নাম্বোকখিদ্রুনা মসিবু তুংদা মীরক তিনবা ওমলরোই। হুম! ঐনা মসিদা লৈথোকলিবা অসি চুমলোইদৌরমাগে ( গৌর চংলকপা )।

গৌর—হৈ বিজয় রা অমা লৈরে হাই।

বিজয়—করি রানো গৌর?

গৌর—সে ঐখোয় ইম্ফাল কানবা তৌরসিনে।

বিজয়—হাঃ ঐখোয়বু কাবা য়াররগজ্রানে?

গৌর—খুড়া ইবুঙো কৈজাওগী শেল শিংনবা উপাই অমা লৈরেনে, নংনা কুমসি উবা লৌগী লৌশাল যনশাল কৌদি-নচিংবগী খরচ পুম্নমক কাইথোকলগা ঐখোয়গী খুড়ানা ঐখোই অনিগী শরুক কৌপোৎ ৬০ লেমই হায়রেনেহাই, শেল ওইনা লৌগেরা কৌ ওইনা লৌগেরা নখোয়না অপাম্বদা থল্লু হায়রে।

বিজয়—অছুদি ভাই! খুড়াইবুঙো কৈজাওগী শেল অসি শিংবা ওরমবা শেল ওইনা লৌরগা অরেম্বা মথে কৌ ওইনা খুড়াদা অছুম থমথিসিদনা করি হায়বগে?

গৌর—কৈ ঐনু মহুনা পামই।

বিজয়—গৌর মরুপ! নহাকা তিমজরুবদগী ঐহাক মীগী লমল কোকচবা ভারে! নখোয়গী খুড়ানা হন্দক ঐগী দমক শেম্বীবা

অসিদি ইপা ইমানা পোকপীবদগী নখোই থুড়ানা অমুক হন্না পোকপীরে, করিনা লম্মন শিংগদবনো ?

গৌর—হেরা ভাই, শিবু শিত্রবদি নং ঐ মুপা মচানিদনা। করিনো মাহুবো ?

বিজয়—অহুদি ঐ যণ অমুক্তা থিজিল্লুখিগে ( বিজয় খোকখিবা, লাংঙাখেলগী চীংয়া কুমারীনা মচি অমদা লেপ্তুনা চীংগী উচেক কয়াগী খোংহোক তারি। তাঙ্গা অসিদা গৌরনা ঈশৈ শকলকই, মহু তাবদা কুমারীনা মায়কৈ অদোমদা ওন্নুনা ঈশৈ শকলকই )।

ঈশৈ

মুপা :— হো চীংমুংগী অম্মা
কোলোই পাওমেন্নথিসি
পোম্বী নতৌ য়েংখিসি ॥

মুপী :— হো বসন্ত কোকিল
পামেল য়েনিং হুন্দরি
শিঙেল আশা উদরি
হল্লো কোকিল হল্লো
বসন্ত ঋতু লাক্তরি ॥

চেক্লা পূকনিং ওল্লবোই
বসন্ত ঋতু কাওরবোই
পোম্বী কাইদোং লৈরবোই
হৈনৌ মপাল থাররোই

হাঃ কাওদেনে ঐশু তাব্রিনে নপাও
তাব্রো চেক্লা হায়রো কোকিল
মুংশি ইচেল কংদরি
পান্মু রাখল কাওদরি ॥০।

শ্রীএম বীর সিংহ

কুমারী—য়েংঙকনু তামো।

গৌর—কব্রিগীনো ?

কুমারী—শাওনিংইনে।

গৌর—কব্রিগী শাওনিংলিবনো হায়ব্র।

কুমারী - হায়রোই।

গৌর—তোকও তোকও হায়নিংদ্রবদি।

কুমারী—হায়নি কৈগু ! অসিব্রা মুংঙাইথ্রবা লমনি, হা অহুনি অদানি, লৌউবা হায়বা অসিদি নোংমা নোংমগী পুকনিং চাওখৎলকই হায়বহু অসি ওইরে। ফজবা মুংঙাইবা কুম্মৈ অমত্তনু উদে, ভুমিৎ কাংনা চীকইবা অসিবু করিদা মুংঙাইরিবা ?

গৌর—কুম্মৈ হায়বদো কদাইবু কৌবগে ? মুংঙাইবা হায়বত্ত্বা কদাইদনো, ফজবা হায়বা অহুগী মশক খঙলবরা নংবো ?

কুমারী—খংদে খংদে হংবিরক্কনু।

গৌর—নং অসিদা লৈবা অসি মুংঙাইত্রবরা ?

কুমারী—মুংঙাইতেনে !

গৌর—মকম অসিদি ঐঙোন্দদি মুংঙাইথ্রেবো ?

কুমারী—অসিদবু কমদৌনা মুংঙাইরিবা ?

গৌর—নহাক লৈবনা।

কুমারী—উম ( ওগৎপা )।

গৌর—নহাক শাওরবরা, হায়মি কুমারী ?

কুমারী—ওসাই মথৈদি য়াম্না শাওনিংলমই, হৌজিক্তি খর খর করে ( অনিমক নোকপা )।

গৌর—ঐ হয়েং ইম্ফালদা চৎলুনি, করি লৈবিরকউগে ? নংনা পাম্বা অমা হায়রু লৈবিরকে।

কুমারী—ঐনা পাম্বা পোৎ লৈবিবা ওমগত্রা ?

গৌর—ওাইখো, রা অমা হায়হৌখিগে, তোংজৈ মরিন্দা শামুগা লিৎহল্লু হায়বা অচ্চুগুম্বদি হায়রু ! ঐনা ওমগদবা পোৎশক অমা হায়য়ু লৈবিরকে।

কুমারী - ওাইখো তামো হয়েং শোয়দনা ইম্ফালদা চৎকত্রা ?

গৌর—চৎকনি।

কুমারী—অচুদি ইচে প্রভাদা চিঠি অমত্তা পীবিরমউ, নহাক, নত্তে—খর পীবিরমউকো।

গৌর—হোয় হোয় পীরমগে ঐখোয়স্থু য়াওশং নংনবা ইম্ফালদা কারনি, চৎসি। রেংউ কুমারী মতম অসি কয়াদা ফজগ্রবনো ? শংবাম্নরবা অতিয়াদা কোয়োহনবগী মশেক্লা য়ৈহুনা ওুাওুানবা মচুনা লৈতেংলম্বদো তিল্লক্লে, অমম্বা ইপাক্তা মিৎ পেল্লা রেংহৌসি কুমারী।

কুমারী—হোইনে ফজরেনে ফজরে নখোয় লরাইসে।

---

## তরানিথোইশুবা উৎপা

( প্রভানা মাঙ্গোলদা উথোকভেন্দা ঙাক্লনা রাখল তৌধা )

প্রভা— করিনো কদোমদগী লাকইবা নোংলৈনো! ঐগী রাখল অসিবু হুমদোকপীগদৌরিব্রা? করিগীনো ঐনা মীগী থৌইনশিন অমুক কন্না নিংশিংলুরিবা অসিবো, হুম নত্তে, নত্তে, মাহুদি কৈদৌউঙদসু ওইথোক্তবা থবক্নি। পৃথিবী অসিনা কায়রবসু প্রভাগী থমোই কদৌঙদসু লেংঙোইদবনি। ওন্থোকপনিদা নুপী ওইবীগী মপোক, মাথোয়গী মরাতনা নুজাগী লাইনিং ওইনা লাৎচরবসু পুন্সিগী নিংজবা ইথৌদি পাঙথোকপা ঙমজদে।

### ঈশৈ

কয়া নুংশিজে মাবু হায়দোকপা ঙমখিদে ঐনা
থম্মোই নুংদা চাকচন্না হায়দোকপা ঙমখিদে ঐনা
থম্মোই নুংদা হৌরক্লে নোংলৈ, ফুনথরে য়াবনা স্বর ॥
পুকনিংগী রাস্থ পুকনুংদা লৈথরে হায়দোকপা ঙমখিদে ঐনা
হায়দোকত্রগা চিনবানথোংদা করিগী কায়গনি থম্মোই
থম্মোইসু তিংথোকপা ঙমখিদে ঙমখিদে হায়দোকপা ঐনা

শ্রীনুতমচন্দ্র শর্মা

( কোইরেং চংঙকপা )।

কোইরেং—এঃ প্রভা! ইমা লৈবরা?

প্রভা—কৈথেল চংখি।

কোইরেং—ওঃ ওস্লোয়া তানজা চানা লাকএদা। ওসিদি নংগী পাওখুম অমতং পামই প্রভা।

প্রভা—মহাক্কী মাতাকচাবা পাওখুম ঐগোম্দা লৈজদে।

কোইরেং—তাও প্রভা, ওসিদি নগগী নকমদা ইকাইবা পুম্নমক থাদোক্তুনা পুকনিং লিশাং থাহনা হায়রবনি, নগগী মুংশিবা রাহেনা ঐগী থম্মোইগী মৈচাক অসি অমুক্তা কোকহল্লু ; অহু ওইরবদি ঐগী লৈজবা ইরল ইথুম পুম্নমক্কী মবেক্ষা ওইহনা মুভাইনা পানগদবনি।

প্রভা—লাইজ ইপাক্কী কোঙ্গোলগুম তাকখিগদবা লনগী মিহৌবা উৎপীহনা থোইনা কায়রোই। ঐবু মুংশিবিরবদি পোকমিন্নবা নচলগুম খনবিন্ন, অহু ওইরবদি প্রভানসু পোকমিন্নবা মবুং-দগী হেন্না মুংশিজগনি।

কোইরেং—ওঃ প্রভা নংগী নরাহে হৌজিক ফাওবা হোংত্রি, খণ্ডবা, মুংশি হনা লুতোন কাপ্রবদি মাহুগী ফল করিনো ?

প্রভা—উম থংজে, মাহুনা থরাই ফাওবা মাঙবা য়াই।

কোইরেং—য়াই নত্তে প্রভা, শোয়দনা মাংগনি। নংবু ঐনা লেমনা থারোই।

প্রভা—মুংশি খণ্ডরবা হিংচাবগী থম্মোইদা ওম্মোইদবা করিসু লৈতে থংই।

কোইরেং—হিংচাবগী থম্মোইদা—হাঃ হাঃ হাঃ—মানি হিংচাবগী, হৌজিক্তি নংগী নকমদা হিংচাবদগী হেন্না শাক্কিরগনি, মত কোইরেংবু মশক খণ্ডরবা মাল্লে, ভাইখো খণ্ডদবা মতম

খজিক্তা মঙাইয়ে, অপাংবী নং হৌজিক ঐগী খুত্তগী লিংফদবা কদাইদনো ( শাওনা চৎখিবা )।

প্রভা—হুম, অপাংবী ঐনা মরক মথুম চোন্না লৈরবা মাবু হুংশিদে, অহুনা ঐবু অপাংবী—ফনতুম নোকনিংই। হুংশিবা হায়বসে পাক্সা, লম্না লৈবা ফংদে হায়বা অসি খঙদবা মানা অশিংবা। কৈ, য়েংশি, শেপ্পবা পুকচেলনা হুংশিজবা অসিবু পাক্কলনা নমহৎকনি হোৎনবা অমম অঙাম্না খঙবা ওইসন্নু। ( গৌর চংলকপা ) এঃ তামো! তামোখোইদি হুংঙাইপ্রমান্সে কুইনা উখিত্রেদা! ( মোয়া থাবা ) সোমদা লেংশিনবিয় কদোমদা লেংঙুরিবনো ?

গৌর—ঙসি ঐখোয় তাদ অহনগী দিন থোক্তুনা কারকপদা কুমারীনা নভোন্দা চিঠি অসি পীরম্মু হায় অহুগী চংঙকইবনি। ( চিঠি পীবা )।

প্রভা—( হরাওনা চিঠি পাবা ) কুমারী নংগী চিঠি ফংবদা ওঃ তামো ঐনা য়াম্না হরাওহৌই তন্বীয়, ঐ চিঠি ইজররোই ( শরৎ চেনশিনলকপা )।

শরৎ—ইচে ইচে নং বাবাগী নাক্তরা কৈনো চৎহৌরো, অহু নত্রবদি ঙসি অহিং কোইরেংনা ফাহুনা পুরনি হাইহৌই, হৌজিক ইমাগা মখোই অনি নংগী নয়া করি করিনো-য়াম্না ঙাংনহৌরী।

প্রভা—অওইবরা শরৎ ?

শরৎ—অওইবনি নঙ বাবা লাক্তিবা ফাওবা কনাগীদনো লৈক্রো চৎলো।

প্রভা—ইস হায়রিবা রা অসিদে !

গৌর—ঙাইখো প্রভা, নখোই খুড়াইবুঙেঙাবু কদাইদা লেংথিবগে ?

প্রভা—নিংথৌখোংদা চৎথি । শরৎ, নঙ ইমানা হৎলগা থংদে হায়-য়ুকো তামো ফম্বীহৌখো ( চৎকে ভৌবা )।

গৌর—( হৌগত্নুনা ) ঙাইখো নং হৌজিক কদাইদা চৎকনি ?

প্রভা--কদাইদনো হায়বা খঙজ্রে, বাবা লাক্ত্রিবা কাওবা ঐগী থরাই অসি হিংনবা মচি অমদা লৈরুনি।

গৌর - ঙাইখো অহুদি ঐ রা অমা হায়গে, নঙ ঐগা লোইনহনা চৎলসি ; নং মাবু কাওরবরা ?

প্রভা—ঐনা মাবু কাওবা নৎচদে। ঐগী চংজকম মানা পীরকনি হায়বা থাজজ্রে, ঐ চৎচরগে।

গৌর—ইহে নঙগীদমক্তনি প্রভা, ঐনা হায়রিবা অসে মতম অসিদা মখোয়গা করিগুম্বা থেংনরবদি য়ায়া খুদোং চাররোই। মতম পুম্নমক্তা নংগী রাখম্দা বিজয়না লুপ্তুনা লৈ হায়বা তশেংনা থংই। ঐনা মাঙোম্দা মরম পুম্নমক শেংনা হায়ননি, মাহুদা মানা করিগুম্বা চিংনবা থোক্লবদি—হে সত্য ! নংবু ঐনা নখোয়গী বাবাগী নাক তাম্না থিনগনি। ঐবু থাজো, কাম্নদে, চৎসিসে। সে চৎসি চৎলো প্রভা।

শরৎ—ইচে ইমা লাক্লে ?

প্রভা—হাঃ তামো ( গৌরনা প্রভা পুহনা চংথিবা মণিরৈমা চংলকপা )।

মণিরৈমা— নিপামচা নচেদি ?

শরৎ—খঙদে।

মণিরৈমা—মহাক ঈশৈ তমখিবদগী হল্লক্তি্রবরা ?

শরৎ—হল্লকল্লমলে।

মণিরৈমা—কদোমদা চৎখি, নং খঙহৌরা ?

শরৎ—তাকলোই।

মণিরৈমা—নং মতোইনরা, তাকউনহায়।

শরৎ বাবা লাক্তি্রবা কাওবা হল্লকলরোই হায়রম্মী।

মণিরৈমা— করিনোনে হায়রিবা অসিবো ( কিংনা খোকখিবা )

শরৎ—ফংলরনি তান্নবা !

---

## তরাত্নুমদোইশুবা উৎপা

## লম্বী

( কোইরেং সেজোই চংগুকপা )

কোইরেং—মখোই লৈকাইচুদ্দি ঐগী মী ঙাক্তনি। মাম্বু খম্বানবা ইয়ুং লৈতে, ঙসি করিগুম্বা মাবু থেংনরবদি ঐ লেন্না তোকলোই মশম অহ খুদাংদা য়েত্তুনা চিংথুরগা মউল অহ হিংসা খোককে খঙগনি। সেন্না, মহাক কোইরেংবু মশক খঙদবা মাল্লে।

সেজোই—ঙাইখো বন্ধু ফিংগৎকমু। মী তারগা কজবা খা নত্তে। নিংথিনা নে তানা থন্নখিসি—হায়বদ্দি। বন্ধুনা মাখোয়দগী লাকপা মতম অসি থোইনা থেন্নিজ্রি। করিগুম্বা ইনে মণিরৈমনা ফিক্রি তোহুনা থৈদোকপ্রগা খিবা খজরে হায়জিনবসু ওইরম্বা য়াই।

কোইরেং—মরমদি ?

সেঙ্গোই—করিগী ওইনি, পৈশাগীনিদনা।

কোইরেং পৈশাগীদি করি চিংনফম লৈ ? মথোইনা পীয়ু হায়রবতা পীগনি। বক্সুনা হায়রিবা অসিনা অচুম্বা ওইরমলবদি হে সত্য ইপা মকোক চাবা পাপ পুগে, ময়ুম মৈ থাগে ( মতমসিদা থাবল চংলকপা )।

থাবল - ও, বাবুগা ভাইগা উনবা ফরেদা. ঙসিদি ঐগী পুক্লিং অসি ওন্থোক্লা চিংননা লাকখ্রে, প্রভা মানখ্রে, মুপীমচা অমা ফিরুপ খুমজুনা Jeep অমদা তোংজুনা গৌবগা চৎমিন্নখি।

সেঙ্গোই—অওইবরা ভাই ? কদাই য়োরম্মনি।

থাবল অওইবনি, তান্নবা ফংলরোই।

সেঙ্গোই ঐখোয়সু মাবু তান্নরকলিবনি। গৌরনা পুগ্রবদি শোয়দনা বিজয়গী মনাক য়োরম্মন, ইস ! খিত্তদা শোইনৈদা। অছুদি বক্সু লেংঙসি· মীনাই মচা মাগা বক্সুগা পাবদি সমক্রুগা লাংখোগা পাবনি, সেন্না উশিংখিক্লেদা মৈতে মচাশিংসে।

থাবল—হেরা ! ঐবু পামত্রে হায়জুনা চেনখ্রবা মীবু ফারুজুনা করি কান্নগনি. কমদোনী চৎখ্রে চৎপ্রসনু ?

কোইরেং—কৈ, মহু পানবা জীবদা লংনববদি মাগী হু থরদি শোইদনা ফংগনি হায়বসি থংক্রমাল্লে। হুম ! ঙসিগী থবক অসি ঐ রান্না চিংনরক্লে ( মণিরৈমা চংঙক্পা )।

মণিরৈমা—করিনো ইবুংঙোনা চিংনরিববু ?

কোইরেং—এঃ ইনে, ইনেনা লুপাগী মরমদা চিংনরবসু তাকপীয়ু,

লিশিং কয়ানো? লিশিং তরা কুন ফাওবদি থোইদোক্লা চোপলময়গনি থনবিগছুদা।

মণিরৈমা—ইস করি য়ানো ইবুংঙো, নংনা ঙসি লুপাসী য়া পল্লকপা অসিদি ইনেদি ওম্বোক্লা ইকাইখ্রেদা, ঐনা কমদোরগা নংনা থাজগদগে হায়রু? শা অছুদি গৌর হায়বা মীনাই মানবা অছুনা পুম্বনা চৎখ্রে হাই, শোয়দনা লমজা অছুগী মনাক য়োরম্মনি ; করম তৌসি হায়বগে ?

কোইরেং—মাবু জেলদা পীরবদি চিংনবা অসি কোকনি।

মণিরৈমা - অছুদি নখোয়না মীনাই মচা অছু জেলদা পীনবা হোৎনরো, ঐ নখোয়না হায়বা পুম্নমক য়ারে। নোং ঙাল্লবদি নং মাইবুঙেঙাসু লাকঅনি, নহোয়না কনবা হোৎ-নরো করি হায়বগে ?

থাবল—অছুবু ইনে, ঐখোয়না থানা তাকলুরগা, মানা ঐ ইশানা য়াছুনা চৎলিবনি হায়ররক্লবদি কমদৌনি ?

মণিরৈমা—অছুদি কমদৌ'ন হায়বগে, নখোয়না বিজয় অছুবু জেলদা পীবা য়ানবা বু'দ্ধ অমা তাম্নরো ; ঐ'দি লেম্না তোকনিংক্রে।

থাবল মসি লম্বীদা তাম্নবা কত্তেদা, ইমুংদা লেংশিল্লগা জান তানা থম্নরক্লসি।

কোইরেং—য়া অরুবা তাম্নরবদি লমজাওদা তাম্নগদবনি, ইমুংদা তাম্নবা হৌনদে। মাবু জেলদা পীনবা বুদ্ধিদি ঙসি অহিং বিজয়নচিংবা মী ৪। ৫ লাক্লগা ঐবু পুন্দুনা থমলগা ইচামুগী ফাছুনা পুবিখ্রে হায়ছুনা ইনেনা থানাদা নালিস তৌরগা বিজয়বু ফাবা য়াগনি।

সেঙ্গোই—ইনেনা মাইবুঙেঙোদা হায়বিগদবনি, ইনেবু পুন্দুনা থমলগা সনা লুপা পুন্নমক মখোয়না পুক্রে হায়জিল্লো। অদু ওইরবদি মাইবুঙেঙানা প্রভাবুসু কুংশিররোই ভাব তারবরা ?

থাবল—তিন্নরুবা সঙ্গননি ঐসু য়াওবা তারেদকো। হুম ! পাপকী থবক অসিদি ঐ য়াওজরোইদা।

## তরামরীশুবা উৎপা

( হুয়ে মাঙ্গোলগী কা, লৈরেঙ্গাও পোং চৈ বোমহনা লৈ; অদুদগী কোইরেং চংঙকই )।

কোই—হাই লৈরেঙ্গাও, শো থর পীরকউ হাইয়ু।

লৈরে—ইমাদি অশোমদা লেংখিবদগীবু হল্লক্তি।

কোই—ঐনা কৌরুহু হায়রমক্তদা চৎথ্রিবা, ঙসি য়েংঙোই য়ুম অসি মৈ থাররনি; শিংজং পুরকউ হায় ! উপু য়ানথাইগে।

লৈরে—আঃ—ইমাসু লেংলকলে ঙহাক্তদি।

কোই—ঐনা হায়রবদি হেক মপুরকউ, অমুকসু মানা আইনগকা তাক্তুনা ঐঙোন্দা ( লৈম চংলকপা )।

লৈমা—আ, করি তৌরবগে নিপামচা ! নংনা সুক য়ায়া শাওরিবা অসিবো ! হা, করি তৌনরবগে লৈরেঙ্গাও ?

লৈরে—( কীনা ) বাবুনা শো পুরকউ হায, অদুদা ঐনা ইমানা পুখি হায়রুবদা শিংজং পুরকউ হাই

লৈমা—ইয়া, মাঙোন্দা শো লৈবস্নু নত্তে, করিগী শ্যাওকরি, মাঙোন্দদি করি লোথোকে হায়রিবনো ? সে-সে-সে-অসিদা লৈরে সে-সে। ( পীবা ) লৈরেঙ্গাও হয়েংদি ননাওগা লোইনচুনা মুমিদাংবাই ঙাইহাক্তং অমুক চৎমিন্নরু। নিপামচা নংবু মাহোইগী অহল লমন্না অমুক্তং লাকহন্নিংই। নচিন ননাও ঙহাক্তং অত্থক চৎলু। ইমানা নখোই থারকে হায়রমলবনি।

কোই—ঐ শংদে হায়দোকউ।

লৈমা—ওম্বোক্লা মওং চাখিদ্রেদা ঐগী ইচাসে, নংনা ফত্রগা নমা নপা লাইগুরু লোইনা চেইহ্নে হাযবা অত্থ নঙ খঙ্গমাল্লে। নশাদা জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাংস্নু নত্রে, নরু লুক্তুনা রাখল তৌ।

কোই—অত্থবু ঐগীদি হায়রিবা অসিনি শংদ্রে।

লৈমা—করি পাপী, অসিদি ঐবু লৈবাক্লা করি হায়নখিগনি, নং নশানা করি অমত্তা রাখল তৌগ্রমাল্লে, ঐবু করি ওইনা উই ?

কোই —অত্থবুদি মশানা তাজবনি, ঐস্নু ইপানা লোরম্বগী অত্থক ইমা কৌবনি, খরদা মঙাইরে নঙক লাক্তুনা ইনগদবা।

লৈমা—ও। নিপামচা ( তুাখবা )।

কোই—মাখোইনা হাযবা য়ারগা কৈ, য়াক্রগা ফত্তে, ফনবু নোক্লনিংইয়ে ঐদি ( চংগে ভোবা )।

লৈরে—ইবুংঙো অমুক্তা ঙাইবিখো, ইমাগী থম্মোই অসি য়াম্না শোকখ্রমাল্লে, করিনো অত্থম হোনববা ? ইমানা হাইব্রিবা অসি

ইবুঙ্গোগী ফনবা মক্তনি, করি অকাইবা য়াওরবগে, ইমাদা তাথীনা হায়বা হৌনবরা ?

কোই—চুম্মিম লৈয়ু, মীনাই নংগী নথৌ করি লৈ ( ইনথুরা )।

লৈরে—মীনাই ! মীনাই ! ওঃ !

---

## তরামঙাশুবা উৎপা

## লমী

( রাগী শানা শানা বিজয়, গৌর চংলকপা )

গৌর—ভৌম্নদা বিজয়, ঐনা হায়রিবা অসিনি, তানজা অমা চাত্রহুনা নংগী রা তাদনা ঐনা পুরকলবনি।

বিজয়—গৌর নংনা হায়রিবা রা অসে নত্তেদা, ঐগী পুক্নি অসিদা কাওরোইদোবা রা য়াম্না লৈরি ; মতম অমদা ঐনা মাগী রাথল্দা পোথাকম ওইরম্মী, মতম অতুদা নত্রা, নংনা মাগী রাথল থাদোকউ হায়রহুনা চৈথবদো, ঐনা যাবু হুংশিবা মতিক চাদে, কাম্নদেদা গৌর, অরেম্বা মক্তনিদা।

গৌর—করি রানোনে, মাগী থম্মোইদি থডদনা ?

বিজয়—থম্মোই ! থম্মোই ! কনাগী থম্মোই প্রভাগী থম্মোই, হাঃ হাঃ হাঃ নং মাগী থম্মোই থংলে নত্র ? ফনহুম নোকনিংই ! নং ঐ লাইরবনা মথোয়গী থম্মোই থংবা ঙম্বা ইত্তিক নত্তে। ঐসু ওসি নংনা তাওরকপগুম মতম অমদা মাগী মপালথোংগী

রাহৈনা শাক্লংনা ভাওরম্মী। নত্তে গৌর, রা অহ্ন ঐঙোন্দা হায়রম্ভু।

গৌর—ঐনা হায়রিবা অসিনি; নং ঐবু মরুপ অমা ওইনা খল্লবদি, নং মাবু হয়াও হয়াও লৌহ্ননা ননাক্তা থমদবা য়াত্রে। ঐ চৎলে, মাবু থারকলগনি।

বিজয়—ভাইখোনে গৌর নংবু ভাওরবরা ?

গৌর—নংনি ভাওরিবদি, ঐ চৎলে।

বিজয়—ইস! ওম্বোকপা থৌদোকনিদা মানদি মস্তুংগী রা খঙদবনা তরাইনা পুরকলিবনি, ঐনা মাবু হয়াও হয়াওনা ইনাক্তা থমগদবা নত্তে, নত্তে (প্রভা ইকাইনা চংলকপা)।

এঃ প্রভা—নং মকম অসিদা ঐবু অমুক ইকাইবা পীগে লাকইবরা ? ঐগী আশা লৈত্রবনি চৎলো।

প্রভা—ঈশিং ইরেল অচৌবদা ইচেল মচা মচাগী তিন্নকমনি ভসি'দ পাম্বৈ লৈজরবী ঐনি!

বিজয়—(নোক্না) থৌদোক খু'দং বিজয়গী পুক্লিদা অমুক কাওকম লৈতে। অহ্নগা নংগী চংজফমদি ঐঙোন্দা নত্তে!

প্রভা—অহ্নগুম্বা রাহৈনা ঐবু অমুক!

বিজয়—রাখল তৌরম্মী—প্রভা, সংসার অসিদা নংগী রাখল নত্তনা বিজয়না অতৈ কনাগীম্নু খল্লমদে, অহ্নবু হৌজিক্তি মতম অহ্ন হেনখ্রে, ঐদি চুদংনবা য়াম্না লাইরবা মীনি। ঐনা নংবু চংজফম পীবা মতীক চাদে; কারদে চৎলো নংগা ঐগা রা ভানবা কাওবা মতম চাত্রবনি। নংমু নংনা কগদবা লমী

য়েংছনা চৎথ্রো, মীতোম্দা থীনা হায়ছনা লমন খুমা পামধে।
( প্রভা চৎকে তোবা কুমারী চেবশিনকৎ্না )।

কুমারী—ইচে, নমস্তে।

প্রভা—নমস্তে।

কুমারী—করিগী লম্বীদা অসুক কুইন লৈরিবনো? ঐদি তামো গৌরনা তমছনা হেক তাবগা চেপ্পকইবনি, চংগুসি।

বিজয়—কুমারী নং করিগী লাকইবনো? চৎলো, থবক শুরু ( কুমারী তিংঙক তিংঙক য়েংবা ) চৎলোনে নং গুসি ( মখুৎ লাক্ত্না চিংখোকপা ) চৎলো প্রভা কায়দে মতম থেংগ্রে।

কুমারী—তামো হৌজিকপু।

বিজয়—তুমিন লৈয় মুমদা চংঙো।

প্রভা—( কিনা কিনা ) কুমারী ইচেমগী ইবেম্ম নং য়ারোগমুকো, সংসার অসিদা ঐবু মুংশিবিবা নং অমতং লৈরি থংবসিদা ঐ য়ায়া মুংঙাইরে। লাইবক থীবনা ঐহাক নংগী ননাক্তা লৈবা ফংত্রে, ইচেবু য়ারোগমু।

বিজয়—থংদে প্রভা, য়া শাংথছনা কায়রয়োই, চৎলো প্রভা ( কপ্পা কপ্পা থোকখিবা )।

কুমারী—তামো ( কপ্ত্না ) নত্তে তামো, ইচে প্রভাবু নংনা চৎহনখিবা চুমদে, ইচেগী মরান করি অমতা লৈতে। তামো ইচে ইচে ( চেনগে তোবা বিজয়না কাবা )।

বিজয়—মরাল লৈতে, মরাল লৈতে, মহাক্তী মরাল নত্তে থংই।

কুমারী—ইচে ইচে।

বিজয়—নং গুসি মতোইনরা ঐনা হায়রমক্তদা চৎলোনে মুমদা!

কুমারী—ইচে ইচে চৎখিহু হাইমী, হো তামো গৌর, ইচে প্রভা চৎখ্রে ( চেনখিনখিবা )

গৌর— হাঃ !

বিজয়—করিনো ? মংলা তাইবংলা মাগী রাখল্লা তুন্না চাবা মতম পুন্নমক্তা পোখাকম ওইরম্মী। মাগী নিংখিরবী প্রেমগী মুর্তিনা ঐগী থুপলবা থম্মোইগী কাচিন্দা লেংদনা মমি তাখি। রাখলনা ইচেল ওইতুনা কয়া চাম্মী, চাম্মা চাম্মগা থোইনা লংঙম্মী। অতুবু অঙকপনি, কাওবা যাত্রবা রাখল অমনা ঐগী থম্মোইদা মহু পুরবা লীনগুম্না তত্তনা চীকলি। নত্তে নত্তে, ( মতমসিদা S I. Constable কোইরেং ১মুং লেজোই চংঙকপা )

কোইরেং—এ বাবু, অসিদা লৈরিবা নিপা অসিনি।

S. I.—ওঃ ( বিজয়দা ) মিং করি কোই ভাই ?

বিজয়—ঐবু ওইরবরা ?

S. I.—মাম্নি।

বিজয়—বিজয় কৌজে।

S. I.—কয়ুমনো ?

বিজয় হাওবম্'নি।

S. I.—কদাইদা লৈ, থুল অসিগী মীরা ?

বিজয়—নচ্চদে, ঐ ইম্ফালদগীনি, বামন লৈকাইদা লৈরম্মী, অসিদা।

S I.—অসিমক্দ করিগী লৈরম্মীরব্রো ?

বিজয়—উপাই লৈতহুনা থুন অসিদা ঐগী মরুপ অমগীদা জো ত্যাহুনা লৈজরিবনি।

S. I.—All right অছুদি হৌজিক থানাদা অমুক্তং য়োঁদবা য়াব্রে।

বিজয়—করিগী ওইরবনো ?

S. I.—আ য়োৗরগা খঙগনি। য়ারেণ্ট অসি য়েংউ [পীবা]।

বিজয়—ঐদি হায়রিবা অসিগী মরমদা করিমতা ভাব তাজদ্রে।

কোই—তাঙ্গা অসিদা ভাব তাবা হৌনদে, প্রভা কদাইদা থম্মী ?

বিজয়—ঐ থংদে।

S. I.—চৎসি থক চিংনবিরুন্থু শোয়দনা লৈরমথিনি।

কুমারী—তামো তামো।

বিজয়—ইবুং থুনা লাক্কনি, কৈশু চিংনরুন্থু লৈহৌরো সেঃ।

কুমারী—ঐস্থু লাক্কনী তামো ! ( সেজোইনা কুমারীবু ইনথুহুনা থনখা )।

## ১৬শুবা উৎপা
### কৈজাওগী মাঙ্গোল

( কৈজাও কমহুনা বাথল তৌরি। মণিরৈমা মনাক্তা কমহনা পাও তমশিল্লি )।

মণি—তৌঙবী মহাকপু ইচানি হায়হুনা করি মুংশিকম লৈ। লৈপুংনা লল শাবা খোংবা হৌনদে হায়বদো অচুম্বা য়ানি, ঐনা লমজা অহুগী ময়া ঙাংলুরিবা অহু মাগীদমক্তা হায়বিবনি, অহুদা মাদি মবুক্তা কাওরমদ্রবোইদনা, ঐবু হাৎকে তৌরম্ব-নিনে, মখোয়না পুল্লম্বগী ইশা অসি হৌজিক ফাওবা লেং-খোৎপা করি অমত্তা য়াদ্রিনেসে। মাগী মবুক অহু কয়া

ফংথিদ্রবনো, মী হাংপা লায়না ঙমগনি ইবেম্মা অহু। ইপা অসি অহল ওইরক্লে, য়ানা তাঙ্গরক্লবা মরলনি খরদস্থ খাক্লমগে হায়বগী য়াখলস্থ লৈতবা, অরেব্বা মথৈ হেক খোমজনা পুখিবা অসিবু হৌনজিত্রা হায়রমী! মীনাই মানবা লমজা অহুগী য়াখলদা ভাওহুনা মাবুতা নুংঙাইহল্লিংলহুনা পুখ্রিবনি।

ফৈজাও—অহুবু বিজয়বুদি ফারে, মাগী লৈফম খংজ্রিবা অসিবু ঐবু ওম্থোক্লা চিংনবা পোকলে।

মণি—মাগী লৈফম লমজা অহুনা হৌজিক ফাওবা তাক্তি্রবা।

ফৈজাও—বিজয়দি মরম অসি শুকখংবু খংদে হায়রি।

মণি—হুরানবনবুদি হুই হুই হায়বা হৌনবরা? নত্তে, হৌজিকপু মাবু ইচানি হায়হুনা করি নুংশিফম থোকইবগে? শেনগী কা হায়বসিদি মপা-মমা মচিন-মনাও অমুক লৈতবনি, পৈশাগী নত্রা, মী পুন্নমক্লা তুমদা চাদবা মথৈ নোমনরীবসিবু? মাদি লুপা কোকথোং অমা পুথ্রবনিনা মচি অমদা ইমুং নুংঙাইনা লৈথোক্লমলগনি।

ফৈজাও—মহুদনিনে ঐনা য়াম্না চিংনরিবদি, মানা লুপা খর পুখিবা ওইরবদি করিগী চিংনকগদগে, অহুগী মথক্তা বিজয়গা মাগস্থ পুন্না ফাবা ফংদ্রেদো, অসিদা ঐনা চিংনরোইদবা অসিবু করিনো?

মণি—মহুগীদি মখোয়না হেন্না ভাব তারবনি, মখোই তোংঙান তোংঙান লৈরক্লগনি, সিদগী মখোয়না তৌরকদবা বুদ্ধিদি ঐ লোইনা উরে। প্রভা অহু মখুত্তা পৈশা অমত্তা য়াওদনা

থাজিনরকপদবনি। অতুগা মানা হায়রগদবা রাহৈনু—ঐদি মসিগী মরমদা করিমতা থংজদে, রিজয়বু পাদোকপীনু।

কৈজাও—অমবু ওইরবনু, অমবু ওইরবনু, মাগী মকম অমা থওলবদি ঐগী চিংনবা অসি কোক্কনি (শরৎ চংলকলা)।

শরৎ—বাবা, বাবা ইচে লাকলে।

কৈজাও—কদাই লাক্লবরা ?

প্রভা—( চেনখিনরক্লা মপাগীমখোঙদা তুনা ) বাবা।

কৈঃ —প্রভা!

মণি—হরে কৃষ্ণ! তো হৌজিক্তি ঐগী য়ারক্লা পোপ পোপ তারক্লরনি।

কৈঃ —উম ঐবু মাংননবা শিনবা মহাকনি।

প্রভা—বাবা।

মণি—কাম্নরোই, কাম্নরোই, লুপা অতুক রাম্না অরেম্বদা মাঙবা পাম্মুই, মরু অত্ত সুংদা তঙ্কুনা হংউ অত্তুভদা তাক্লকনি।

কৈঃ —তাও প্রভা, নংনা বিজয়গী রাখন্দা ঐবু নশানি হায়বগী সুংশিবা লৈতনা ঐনা পোকপদগী য়ানা তাল্লকলবা সনা লুপা পুম্নমক পুত্নুনা মাগী সুংভাইনবা শিন্নুবা ?

প্রভা—বাবা অত্তুগীদমক্তা বিজয়মু ফাত্নুনা জেলদা থম্বীরিবরা ?

কৈঃ —মানি হৌজিক্তি নংবুন্দু লেম্না তোক্লরোই।

প্রভা—বাবা! হায়খিরিবা মরম অত্তুদা করি অমতা থংবা লৈতে।

মণি —তো ঐমা হায়খিবা অত্তু শেইরঘরা ?

কৈঃ —তুমিন লৈয়ু মণি, হায়য়ু করিগীদমক নংনা ঐগী মাংনবা শিল্লি! করিগী থুমজিং, য়ুমভাক কৈতাকপী, ঐনা অম্তুক

কুইবা অসি কৈ মচা অমবু য়োতুনা থনমলবা, থোরি পুরকউ পুন্দুনা থমগে মসি।

প্রভা—বাবা, নচানা হায়জবা নংনা তাবিব্রবদি সংসার অসিদা নচাগী চংজক্ষম কনা লৈরমগনি। পুত্রু, ঐবু পুনবিয়ু, লাইবক থীবী ঐনা কপচবা তাবীনবা কনা অমত্তা লৈখিত্রে। ইমা, ইমা, অপোকপী নং লৈরমলবদি নচানা কপচবা অসি তারমগদবনি। বাবা, নংদি ইমাগী শরৈদা তাহুনা নশাগী অক-ফত্তগী রাখল অমত্তা লৈখিত্রে, ঐবু পুনবিয়ু বাবা। অহুগা মরান লৈজত্রবা বিজয়বুদি দোষ তৌবিরুসু।

মণি —করি হায়বা চীম্ফিবী, নখাহু শেৎকে নং, নংনা অসি থোক্লবা শিল্লিবা নত্রহে? অহুগস্যু মানা ইমাগী শরৈদা তাহুনা বাবা নং ভাওরেকাস্যু হায়জবা শারিয়ে। মসি মী হাৎপা লাইনা ওমগনিনে, লৈশাবী তৌঙম্বী।

প্রভা—ইমাবুস্যু ঈশ্বরনা উবা ওইসস্যু, বাবা ঐবু পুনবিয়ু অহুগা বিজয়বুদি থাদোকপীয়ু।

কৈঃ —থাদোকওই বিজয়বুস্যু অহুগা নংবুস্যু ঐনা জেলদা পীগনি। শেংনা তাকউ, নত্রবদি নং ওসি থওগনি।

প্রভা—বাবা ঐবু জেলদা পীবিরো, ইমাগী মনিং থুংনবা পুনবিয়ু। ঐবু পোকপা ইমা অহু লৈরমলবদি ঐনা হায়জবা অসি তাবিরমগদবনি। হৌজিক্তি কনা অমত্তনা ইরা তাবিররোই হায়বা থংলে। করিগী হৌজিক ফাওবা ঐবু জেলদা পীবিত্রি।

শরৎ— বাবা নংনা করিগীনো ইচেবু চৈবিরিবা?

কৈঃ—তুমিন লৈয়ু শরৎ ।

শরৎ—ইমা, বাবাদা তাকথোক্লগে ।

মণি—তুমিন লৈয়ু হাই, করম্বা অঙাংনো মসিবু ?

শরৎ—তাকনি, বাবা নংগী পৈশাশিং অহুদি ইচেবু চৈবিনবা ইমাগা কোইরেংগা মথোই অনিনা লোৎশিনল্লিবনি ।

কৈঃ—হাঃ কোইরেংগা নমাগনা নচেবু চৈবিনবা লোৎশিল্লবা ।

মণি—হাই মীহাৎপা, করম্বা অঙাংনো মসিবো, নখা অহু শেংকে নং মতোইনরা, অঙাংনা য়ুম মৈ থাবা চাক্তে হায়নিংঙাই লৈতবনিনা কয়াদনোনে, মী শিবা রা নত্রসে ।

কৈঃ—উম ঙাইখো, মণি হায়রিবা রা অসি অচুম্বরা ? অওইবা হায়রু ।

মনি—ওম্বোক ওম্বোকপা অঙাংনা মচীন মখা থোকপা পংঙাং ঙাংবনি, থাজবিরুম্নু ওইদবা রানি ।

কৈঃ—নং ঈশ্বর য়েংহুনা হাইরবরা ? ঐগী থোং অসি পাইহুনা রাশকউ, ঐ য়াম্না চিংনরক্লে, হায়য়ু মণি অচুম্বা হায়রু ।

মণি—নচা মুংশিরক্লহুনা ঐবু অমুক হয়ানবা তাহনবিরগেরা ?

কৈঃ—শরৎ লাও, ইপা রা হংগে, নমাবু বিজয়খোইনা পুত্রম্বদগী নংনা থৌরি থোকই হাইবসি অচুম্বরা ?

শরৎ—অহুদি ঐ থংদে, ইচেনা চৎখিবদি মুংথিল মুমিদাংরাইদনি কৈম্নু পুখিদে, মাহুম্নু ইমানা কোইরেংদা ইচেবু ঙসি ফাহুনা পুত্রো হায়বা তাহুনা ঐনা ইচেদা তাকুনা বাবাগী নাক্তা চেনথ্রিবনি ।

কৈঃ—অশা ( ইমুংদগী থাংজৌ অমা লৌরগা ) হৌজিক্তি নং চেনবা

য়ারয়োই হিংচাবী, য়ুমভাক কৈতাকপী, হায়য়ু মচিন চুপ্লা হায়য়ু নত্রবদি।

প্রভা—বাবা, অত্তুনা করি কান্নগনি থাবানা হেল্লা থংবিরিবনি, ইমাগী করি অমত্তা দোষ লৈতে। ওত্তুবী ঐনা ইমানা হায়বা ইল্লুদবনি, লাও শরৎ ইচেগী ইযুংঙো (কোনবা)।

কৈঃ—তাইখো প্রভা, ইপাবু খাঙলমু, হিংচাবী অসি হাৎলমলগা ঐস্সু ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ফংগ্রগে (খাংকোনা লানগে তৌবা)।

শরৎ—বাবা! (প্রভা শরৎ অনিনা মপাগী মমাংদা লেপ্পা মখুৎ তিংখোত্তুনা)।

মণি—ঐবু ক্ষাকপীয়ু, ঐ লায়েল, লুপা অমত্তা মাঙদনা লৈরি।

কৈঃ—লুপা মাঙদনা লৈরি, হাঃ হাঃ হাঃ নংগী থম্মোই অসিদি অঙকপনি, ফৈ হৌজিক্তি নংস্থ নংনা তৌরুবা পাপকী মতীক চাবা ফংজগ্রো, বিজয়গী মহুৎ ঐনা কোইরেংগা নংগবু শোয়দনা জেলদা পীগনি। ইপাগী শরৎ লাও ইপা কোনগে লাও। প্রভা নংগী নফমদা ইপানা দোষ তৌরুরে ইপাবু য়ারৌগমু। হৌজিক্তি ঐ লোইনা খংলে মরাল লৈজত্রবা বিজয়দা দোষ তৌরুবগী মথোং পায়ত্তুনা হায়জরুরনি। ইচাগী আশা ইপানা খংলে, লাও শরৎ ইচাগী করি য়াৎকনি, মত্রবা মমা অমিমু লুংশিরুরমু।

---

## [illegible]

### [illegible]

( সেঙ্গোই থাবল [illegible] )

সেঙ্গোই—বিজয়সু থাদোকখ্রে হায়বা ?

থাবল—উম থাদোকখ্রে, হৌজিক্তি বন্ধুহোই খরা চেকশিন্না লৈবিবা কৈ।

সে— করিগী ?

থাবল—বন্ধুগা কোইরেংগনা ইনে মণিলৈমদা ইনশিন্দুনা মিথ্যা নালিস তৌরুবা দাবীশিং অদু, শরৎনা অমদুনা খুড়া ইবুংঙো ফৈজাওসু নিংথিনা খংলে। ঐগী মুপী অসি মাখোই অনিনা ঙাওহল্লিবনি হায়বসি।

সে— অওইবরা বন্ধু ?

থাবল—অওইবনি।

সে— ইস ! অদুদগী কমদৌরবা ?

থাবল—অদুদগী হৌজিক্তি খুড়াইবুংঙো ফৈজাওনা শাওদুনা বন্ধুখোইবু ফাদোক পীনি হায়দুনা ব্লাশকখ্রে হায়।

সে— ঐখোয়বু ফাদোক পীনি হায়বা ?

থাবল—অদুদি হুংশা থিরুরগু মশানা তারগদবনি।

সে— করি ব্লানোনে ভাই, নংনা সাক্ষি পীদৌরিব্রা ?

থাবল—ঐনা সাক্ষি পীরবসু, চেনবদি য়াররোই। চেং পুরগা চেং শিংবা হায়বা রা লৈ, মীবু মুৎনা-মাংনবা শিল-লাংভুবা মীতাসিদি জেলগী খাংজেং লাইরেম্বীনা য়াম্না হরাও হরাওনা কৌবিরমগনিদা। হৌজিক খুড়া ইবুংঙো ফৈজাওনা

তৌরকদবা কেশতি বন্ধুগা কোইরেংগা অনিদা চপ চানা থ্রেপ লৌখৎলক্কুনা তানিং-তমাং ওনখ্রগদৌরিবনি।

সে— ইস! হরে হরে (মকোক পারকনা কমথবা)। ঐগী ইশাসি পুমশা শাগ্রে, লৈকম খঙত্রে অমুক্তা কমথখো বন্ধু, রাসি মেন তানা থন্নদবা য়াদ্রে।

থাবল—হৌজিক্তি খংলরিনিদনা, ঐনা মসি থোক্লবা য়াই হায়ব্রা। ঐখোয়দি সেঙ্গোইনি, য়াইকোইনি হায়ত্নুনা কন্নখহ্ খঙগদবা মতম খরতমক মঙাইরে। খুড়া ইবুংঙো কৈজাওনা কৈদৌ-রুদগে হায়ত্নুনা তোকপীখ্রবদি করে। অত্নু নত্তনা কৈনা তকথৎলক্লবদি বন্ধুগা কোইরেং বাবুগা হৌজিক চেনবা য়াগদ্রা? নোংমা নিনিদংদি অত্নুক মন্দির অচৌবরোমদা য়োৎকী খুজি, খুত্তা তুংদা নোংমৈ থৌগল কনা হুংঙাইগনি।

সে— কৈদৌগে ভাই, ঐবু লৈকম খংত্রে, অমুক্তা ভুমিন্না লৈখো হায়মি।

থাবল—বন্ধুখোইগী কৃপাদগী অহানবদা প্রভা অত্নুস্থ মপানা পুন্দুনা ফু চৈত্নুনা তৌবিরমাল্লে।

সে— প্রভাবু!

থাবল—অং অত্নুদগী শরৎনা বন্ধুগা, কোইরেংগা, মনিলৈমগা অহুন্না শেম্বা জালশিং অত্নু মপাদা লোইনা শিং-শিংনা তমথোক্লবা, ভাব তাবিরবরা? ঐখোয়দি হৈ-শিংখ্রবা মীনি হায়ত্নুনা সাক্ষী থমত্নুনা জাল শেম্মুরবনিনা হৃজিক্তি লেংবা য়াররোইয়ে।

সে— ঐ রা ঙাংকম খঙত্রে, বন্ধুনা হায়রিবা থবক অত্নুনবু শোইত্রবদি ঐগী হিংকম, লৈত্রে। কোইরেংগীদি মরল মথুম

য়াত্তবনিনা সাক্ষিস্থ জামিনস্থ য়াৎলোই। ঐগীদি কদাই হয়া য়েংবদা ইমাদা মঙাইদ্দে, চক্ষু উয়ালদা মীয়াংগী য়ুমকম ওইহুনা ভোইনা একাদশী ওইহুনা লৈরবা ঐগী কনানো, সাক্ষী ওইবিগদবা! হায়য়ু হাযমী করিগুম্বা কেশ অসিনা লাকলবদি বন্ধু, ঐগী!সাক্ষি অসি নং থর ওইবিয়ু, অহুগা করিগুম্বা ঐনা জেলদা লৈবা তারবদি মহুগী জামিনস্থ, নং করি হায়বগে?

থাবল—হন্দকী য়াফম অসিদি সাক্ষি জামিন দাই লৈতে মন্ধু।

সেঙ্গোই—নং ফাওবা ঐবু স্থংশিত্রবদি মণিপুর স্না লৈবাক অসিদা সেঙ্গোইবু স্থংশিবিগদবা বনা লৈরমগনি মরুপ! নত্তেদা থাবল ভায় ঐনা হায়জবিবসিদি নং অমুক্তা য়াবিয়ু কৈদৌবগে ঐ থুরুমজগেসে (থুরুম্বা)।

থাবল—'(কোনখত্ত না) করিনোনে বন্ধু মাহ্ন ঐ ঙমজরোইদা! অতৈ অতৈদি মকপকীদমকনি ঐনা ঙম্বা মথৈ হোৎনজগে, হায়রিবা থবক অহুগীদি ঐ ঙমজরোই, হায়বদি ঐনা ফনা পম্বোম তিংহুনস্থ ঙাসেপ চিবান্দোংগী পাকশি শিবগী ফিভমদা তারক্কনি।

সেঙ্গোই—ইস উপাই লৈত্রেদনা হাযবিবা য়া অসিদি কনাদা চেনশিনলগা হিংগনি। (কোইরেং চংঙকপা)।

কোই—ভায়স্থ বন্ধুস্থ অনিমক থীবকইবনি ঐ; ইনে মণিবৈমগী য়া তাবদগী লৈবা য়াগ্রহুনা চেল্লকলবনি কমদৌসি হায়বগে ঐখোয়গী ইথক্তা মাইবুঙেভা ফৈজাওনা Step লৌরকপা তারে।

থাবল—মতুগী রানি ঐখোয়না ঙাংনরমলিবা অসি শামুনা তান্নগা য়ারক্তা চেনশিল্লু হায়বা রা লৈ। খুড়াইবুঙেঙা ফৈজাওদা লাল্লে হায়না খুরুম্মুনে।

সেঙ্গোই—বম্ভু হন্দকী থবক অসি ঐবু য়াওহনবিরম্ভু ; ঐদি পোকপ-দগী ঙসি ফাওবা মীভোন্দা লাল্লে হায়জরক্তি, বম্ভুগী ফগদবা য়েংবিহৌরো ঐদি ঙসিদগী কদাইদনো চৎগ্রগে। মরুপ নংগী নফমদা ঐনা সলাম তৌজরি ঐগী হারল ঙাকপীয়ু, ঐ চৎলগে ( চৎকে ভৌবা )।

কোই—ঙাইখো কদাইদা চৎকদৌরিবনো রা নিংথিনা মেন ভানা ঙাংনখিসি হাইমী।

সেঃ—ঐবু থাম্মম্ভু সলাম সলাম ( চৎখিবা ) ;

কোই—ইসে ওস্থোকপনিদা হৌজিক্তি কমদৌসি হায়বগে থাবল ভায়, ঐ রা ঙাংফম থংদ্রে তাঙ্গা অসিদা ইমাস্থ য়াম্না কন্না নারে হাই ; ঐদি মনাক্তা ঙসি ফাওবা চংঙ্ব্রি, অতুগা অমরোমদনা ইনে মণিরৈমনা মচা কায়নতুনা লৈফম চাফম খংদনা কাং খোং চাইরিবা অসি ঐগী হাক্তকুগী থোকখ্রি-বনিদো মসি পুম্নমক খল্লুবদা ঐ হায়ফম থংদ্রে !

থাবল—ঐখোয়না হায়বা রা বাবুনা লৌবিদবনি ; মী হায়বা অসিদি শক ফজবা অরেম্বনি রাঙাংগী মথা পোল্লি ; চাওথোকপা লমচৎ চৎলগা মরুপ মপাং রাৎপা মশানা তাবনি, লাল্লে হায়বা খঙলবা রাফমবু হায়জরুবদা করি চিংনফম লৈ। অতুগা ইন্দোল ইবেম্মগী মফমদা বাবুনা লানলিবসিদি য়াম্না লাল্লবনি, বাবুনা পুক্লিংদা ইন্দোল ইবেম্মবু অপোকপা

ইমানি হায়না হেক থল্লকপা হুমিভগী পুকচেল অহু হেক্তো হোংঙকনি ।

খোই—চুম্মী মরুপ ঐ ইমাগী মফমদা য়াম্না লাল্লে, লেংগুসি মরুপ ঐবু পুহনা মাইবুঙেঙা ফৈজাওদা অমুক্তা খুরুমহনবিয়ু অহুগা ঐগী দমক্তা রাজরক্লবী ইমাগী সেবাদা পুঁক্লং হকচাং লুপচবা ঙমনবা শিনবিয়ু ।

---

## তরানিপালগুবা উৎপা

### ইমুং

(লৈমা হিগু্না লৈবা লৈরেঙ্গাও লাইকল্লবি)

লৈমা—লৈরেঙ্গাও ঈশিং খর পুরকউ (ঈশিং থকপা) হা গোবিন্দ ইবুংঙো নংনা করি তম্মিগবা রারেদা।

লৈরেন—ইমাগী হকচাং অসি য়াম্না শোন্থবা তারে, রাখল অতৈ তৌবিরহু নামহুম শোনবিয়ু ।

লৈমা—ঐগী ইচা অহু মশক উদবা ঙসি ২ । ৩ শুরে। কদাইদা লৈরমগদগে অহুক থিরুনে লৈরেঙ্গাও ।

লৈরে—করিমতা চিংনবিগহু, অমগীদা ইমুং মুংঙাইনা লৈরমগনি ; নামহুম শোনবিয়ু ।

লৈমা—ঐ করিমতা তৌরোই মুংশা থিরুহু নং চণ্ডুনা ননাও অহু খর থিরু ! ঐ রা অমা নিদং হায়গে মঙোন্দা, হুম ঐগী ইশাসি য়াম্না ঙমশিল্লক্তরে চৎলুনে ।

লৈরেন—ইস লুপ্রেদা কমদোশিবা। ঐবু মাইবা অমত্তং হান্না কৌরুখিসিরা, হুম নত্তে নত্তে ইমা ঐ মাইবা অমতং কৌজরুখিগে।

লৈমা—ঐ করিস্থ তৌরোই নং হৌজিক ফাওবা চৎত্রিবরা (থাবল চংলকপা)।

থাবল—ইন্দোল ইবেম্মা করম তৌরিবগে ?

লৈরেন—ও! বাবু ঐ হায়কম থংত্রে, ঐথোয়গী ইবুঙেঙাকা উবিরমদেকো ?

থাবল—লাকয়ে থোঙ্গালদা রারী শাহৌরি, হুজিক্তি মাস্থ ইন্দোল ইবেম্মগী পুকচেল থঙলবনি।

লৈরেন—ইস মুংঙাইরেদা! ইমা, ইমা তারিব্রা ইবুঙেঙা লাকহৌরে হায়নে ইমা।

লৈমা—(ক্ষিংনা হৌগৎপা) হাঃ কদাই (কোইরেং য়েংবা তুখিবা)।

লৈরেন—ইমা, ইমা করিনো করিনো তৌরিবসিদি ইবুঙেঙা বাবু মাইবস্থ অমত্তা য়াওদে, করিনোনে ইমাগী মতৌ অসিবো, (থাবল মিহুল য়েংবা)।

থাবল—লৈরেঙ্গাও, কোইরেং বাবু অমুক্তা কৌরকউ অহুগা মী ১। ২ দং কৌ শং লুক থৌরাং তৌবনা ফরগদরা ?

লৈরেন—করিনোনে হায়রিবসিবো! ইমা ইমা, ইমা ঐ মাঙলেদকো হৌজিক ইবুংঙো লাকলগা করি হায়না তমগনি ইমা ইমা ইমা (কোইরেং মপান্দগী কৌরকপা)।

কোই—লৈরেঙ্গাও লৈরেঙ্গাও (চংঙকপা) ইমা কমদোরে (লৈরেম্মা) মখুৎনা থিন্দুনা তাকপা) ইমা ইমা করি মতৌনো অসিদি

ইমা পংলবা নচাগী ইরাল ঙাকপীযু হায়গে লাকপদি অরেম্বদা তারবা ইমা নচাবু ঙাকপীরমখোনে ইমা পংলবা নচানা মুংশিবগী তুংনফম, অরাবগী পোথাফম পুনসিগী ইরাৎনফম ওইরবী অপোকপী নঙোন্দা নচানা লংজথিবা ইরাল পুন্নমক অমুক্তদি ঙাকপীরমখোনে ইমা ঙসি লাইরৈ-বাক্তগী য়েংথরকুনা পংলবা নচানা হায়জবা অসিদদি তা বয়ুকো অপোকপী।

লৈরেন—ইবুঙেঙা মুংঙাইররিনিদনা ঐনা অসি থোক্কনি হায়হনা কয়া হায়জৈ ইবুংঙোনা তাবিখিদে ইমা ইমা নংনা হৌজিক্তা ইবুঙেঙা হংলমবদাই, নচা লাকলে ইমা ইবুঙেঙাবু ঙাকপীরে শাওদ্রে হায়না অমুক্তা হায়বিরমখোনে ইমা ইমা ইমা ইমা।

কোই—ইমা! ইমা!

লৈরেন—ইমা নচাবু কবি ওইহৌরসিগে! ইমা লৈত্রবদা মচা ইবুঙ-ঙোসিবু কনাদা শিন্নবিরমবগেনে ইমা! ইমা নচাদি লৈররোই যুম অসিদা নংনা ইমা শক্লা য়োকপীরম্বনি নচাগী লৈফম লৈত্রেনে ইমা ইমা।

---

## তরামাপনঙবা উৎপা

( চাকনিবা অমা উৎপে খঙ্হনা চৎখি, কোইরেং গাউহনা লাকপদা বিজয় উহনা )।

কৌরৌ মমি শামলক্লে
পোম্বী চেক্লা হল্লক্লেদো
পাম্মু মুংশি চেক্লাচাশা
নখোয়তদি হল্লকত্রেদো ॥

যোই ময়াই চেংলৌ উবিদুঙে
খল্লম্মীদো লাক্কনি
নামিবা মলয়া লেপথরে
থাজত্রেদো হল্লকখিনি ॥

থম্মোই পৌরোল হাংহনা
চেক্লা নংবু থাদোকপদি
থমল্লং পোইরৈ পাওজেল্লু
থাদোকউবা তাথরে
হাদ চেক্লা নহাকপু
হল্লকখোনে হল্লকখো
মপু কোলোয় শোনখিশি
ইরেনবুংদা তিন্নখিসি ॥

শ্রীনেত্রজিৎ সিংহ

কোইরেং—বিজয়, মরুপ হায়না অমুক্তা কৌবিয়ু ঐনা নংগী নফমদা য়াম্না লানথ্রে মাহুগী হায়জগে লাকপনি ঐনা মরাজ লৈজত্রবী প্রভাগী ফোটো অহুগা ঐগী ফোটোগা মাক্কু

খঙহন্দনা Phtographer গা তামহ্নুনা নংবু চিংননবা হায়হ্নুনা নংগী নফমদা তশেংনা মীনমথ্রবনি। থৌদোক পূম্নমক ঐগী থৌইনশিল মক্তনি। প্রভাগী করিমতা মরাল লৈতে। হৌজিক্তি ঐগী ইরাল অহুগীদমক্তা নংনা ঐবু ঙাকপীয়ু হায়জবা লাকচরিবনি!

**বিজয়**—কোইরেং বাবু।

**কোই**—চিংনবিগনু ঐ নংগী অমদি প্রভাগী মফমদা থাঙ্গেশেংনা লাল্লুরবনি।

**বিজয়**—বাবু হৌজিক বাবুনা তাকপীরিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি ঐগী চিংনবা পূম্নমক কোকলে, ঐনা রাখল লৈহৌদবনা থোকখ্রিবনি মাহুগীদমক্তা করিমতা চিংনবিগনু মরুপ।

**কোই**—নংন অশেংবা পুকচেল্লা ঐবু মুংশিবিরবদি অমুক্ত কোম্নসি মরুপ। (কোম্নবা) বিজয় বাবু নংদি শিদ্রিবা মীনিনা নংগী নফমদা ঐনা লাল্লুরবসু ঐনা হায়জরগা কোকপী অহুবু ঐনা ঐগী ইমাগী মফমদা লানখিবা অহুদি ইমাদি তেংবান্দা লৈত্রবনিনা ঙাকপীয়ু হায়জফম লৈত্রেনে মরুপ, চাকলেদা ঐগী থম্মোই অসে ইমা ইমা অপোকপী (চংখবা)।

---

# কুনগুবা উৎপা

( লাংঙথেল চীংয়া, উথোং ১দা ওাচ্চুনা কুমারী ঈশৈ শকলম্বই )

ঈশৈ

খোইমু! ওঃ পুকনিংগী খোইমু,
ওঃ পুকনিংগী খোইমু, চেংলৌ উরে ইকাইজৈ,
নপাও তাদ্রে খোইরাংজৈ ।।০।।
পুক্লিংগী রাদি অরোনবা লৈরে ওমত্থুনা থম্মোইদা
হায়গে নিংই মঙমদে ;
হায়রোই হাইরা মচাকই ।।
রারে লৈরাং পুন্সিদি, ইকাই মানা ওৎপনা
থংনা উনা খংখিদে,
খোইমু পুক্লিং তাদবরা
থম্মোই কনবা তাকপরা
হোৌনা লমচং কাওবরা ।।০।।

শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ

( গৌর লুমত্থুনা ঈশৈ তায়মই )

গৌর—ওঃ চাকলেদা, চাকলেদা থম্মোই অসে।

কুমারী— থংনা ) হাইমা তামো করিগী চাকলিবা ?

গৌর—বসন্ত ঋতু লাকপদা নুরা পাখং কনাগী থম্মোইদা নুংশি ইহৌদবগে কুমারী ( মনুংদগী কৈজাওনা বিজয় বিজয় কৌত্থুনা চংলকপা )।

কৈজাও—ওঃ গৌর !

গৌর—খুড়া ইবুঙো করি থবক্কী ?

ফৈজাও—ঐ বিজয় উনবা লাকলিবনি মহাক কদায়দা লৈ।

গৌর—লৈরমগনি খুড়া ইবুঙেঙা থোইনদি থাপ্পা চৎলম্মোই।

ফৈজাও—অদুদি চৎলু অদুক থিক্ল ইপাদি অহল ওইরকপনা য়ারে (কমথবা)।

গৌর—কনি খুড়া ইবুঙেঙা (চৎখিবা)।

ফৈঃ—কুমারী নংদি অসিদা লুংঙাইরিব্রা?

কুমারী—খুড়া ইবুংঙো অসিদবু করি লুংঙাইগদগে? লাইবক থীবনা শিবা ঙাইদুনা লৈবা হায়বদুনি।

ফৈঃ—অদুদি চৎসিদনা নচে প্রভাগী নাক্তা লৈনিংদ্রা? লৈরুসিদনা।

কুমারী—অদুগুম্বা মতমবু ঐগী পুন্সিদা অমুক উবা ফংজরখিদ্রা? অদুবু ওইরবদি চরা নামতা চাবা ফংলবসু ওম্মোকনা লুংঙাইজগনি।

ফৈঃ—ইচাশিদি করিগী ফংদদগে নংগী তামোদা ঐ হায়গে নংসু হায়যু। (বিয়জ গৌর চংলকপা)।

বিজয়—খুড়া ইবুঙেঙা করি তাকপীগদবা (খুরুম্বা)।

ফৈঃ—বিজয়, ঐ নংগী নশক উবদা ইকাইবনা হায়গে নিংঙকপা পুম্বা হায়বা ঙমদ্রে, অদুবু ঐনা অমুক নৌহৌনা নঙোন্দা রারী শারুবগী তাকউবগী কান্নবা লৈতে, ঐনা মতন চাদনা ইচা য়োরুবগীদমক্তনি হায়দুনা লুপী থিরুবদগী অসিগুম্বা ইকাইবা থৌদোক অসি থোকলুরবনি। লুপী লিচৎ খংদ্রবী মশাগী ওইজবতা খল্লবা শা অদুগী চক্রিদগী ঐনা নঙোন্দা শাথীনা লানবা হায়বদু থোকখ্রে; পুন্সিগী মাং তেনশিনলক্লবা মতমদা য়ুম নৌনা পাল্লুবনা কয়া মাঙবা হায়বদু ঐ হৌজিক্তি

তশেংনা খংলে। ঐনা ইকাইবা খংত্রবা মী অমা ওইনা নংগী ননাক্তা লাকপগী মরম, নংনা ঐগী পুক্সিগী য়াৎলিবা শরুক অসি শান্তি অম্মুক্তা পীয়ু। নংনা ঐবু শান্তি পীবা নত্তনা জগত্তা কনানস্থু ঙমলরোই।

বিজয়—তাকপীয়ু খুড়াইবুঙেঙা ঐনা খুড়াইবুঙেঙাগী করি সেবা তৌজরগা খুড়াইবুঙেঙাগী অইংবা ১স্থং মঙ্গল ওইগদগে অপোকপা নচাগী পান্দমগুম চিংনবা লৈতনা তাকপীতুনা ঐবু মুংশিবা উৎপীয়ু।

কৈঃ—মুংঙাইরে বিজয় নৱা তাবদা। ঐবু নংগী রাঙাং খুদিংনা চিংনবা মথং মথং কোকহল্লে। ঐবু নংনা নপাগুম মুংশি হায়বা তশেংনা খঙলে। অতুদি ইবুংঙো খুড়াগী মুমদা চৎসি খুড়ানা পামজবা পুম্বা মফম অতুদা হায়গে। মসি ঐগী পুক্লিংদা লৈবা অপাম্বনি, করি হায়বগে?

বিয়জ—লেংঙসি খুড়াইবুঙেঙা, খুড়াইবুঙেঙাগী পুক্লিং থুংনবতা হোৎনজগে খনজরিবা নচানি।

কৈঃ—অতুদি গৌর, কুমারী, চৎসি নখোয়স্থু! ঙসি ঐনা বিযজগী মফমদা নিজগদৌরিবা অসি নখোয়না সাক্ষী ওইরগদবনি।

গৌর—য়াম্না ফনি খুড়াইবুঙেঙা, (মন্নাম্বক খোকখিবা)।

## কুনমাথোইশুবা উৎপা

### ( কৈজাওগী মাজোল )

[ প্রভা বাবা বাখল ভোত্থনা লৈরমী ]

প্রভা—তোল্লিদকো প্রভা নংগী নপোকসে, নত্তে মানা ঐবু করিগী-দমক, খল্লুবদা অঙকপনি। হু ! থম্মোইহুংদা শাজবা হুংশিবগী মন্দিরদা মাগী পামজবা মুর্ত্তি অহু লাণ্ডুনা পুন্সি মতোল লোমখিবা নত্তনা ঐনা, হন্দকী মপোক্তা খল্লম্বা পুম্বা মংগী পাংখককুমখ্রে ! হায়গে নিংবা কয়া তশেংনা হায়বা ঙমদে। পাংথোক্কে নিংবা কয়া থৌনা ফনা পাংথোকপা ঙমদে, পামজবা লম্বেল মীগী ইথিন্না লাইনা হোংহনবা ঙমই ; ঐগী থম্মোইনা পামজবা, প্রেম অঙকপনি মীওইবগী পুন্সি ভিক্ষা নিকবদি লাইরহুনা ঐনা মাগী মফমদা মাই অসি উংলুবা ঙমগদরা —অমবু-ওইরবসু-অমবু-ওইরবসু-মা-ঐ—মফম মতম চাবা অমদা-অমুক্তুং পুক্লিংগী য়া অসি শেংদোকনরবদি থমোইগী অন্নাবসি খরদি কোকপদা য়াইকো অম অহুবু হে ঈশ্বর ইবুঙেঙো নংনা করি তম্মীদনো খংদ্রে ( থাপ্না কৈজাও বিজয়নচিংবা মন্নাম উবা ) এঃ বাবানা পুহুনা লাক্লিবসি নত্রা ! মানি শ্রীগোবিন্দ ইবুঙেঙো ননাইনা নিজরিবসি নংনা নোংদমবিয়ুকো ( ইমুং চংখিবা, কৈজাও বিজয় গৌর কুমারী চংলকপা )।

কৈঃ—লাও ইচাশা চংঙকউ ! সে বিজয় ঐনা নঙোন্দা হায়নিংবদি ঐগী ইচা শরৎপু নংনা হান্নগুম অমুক নিংথিনা লাইরিক লাইশু তম্মীহুনা মী ওইনবা শীনবিয়ু অহুগা অমনা ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা খুদোল অমগা পীনিংই মসি নংনা হরাও-

হরাওনা লৌহুনা পুকচেল চাওবা উৎলুকো। ( ইমুংলোমদা ) প্রভা ইপাগী ইবেম্মা লাও ইপাগী নাক্তা ( প্রভা খোয়কপা ) বিজয়, ঐগী ইচা মুপী প্রভা অসে, পীশক পীকনা মমানা হুন্দোকপীরমলবনি, মাতুগী মথক্তা মমা পোক্তবীগী চক্রীদা মপুন্সি লেনঙ্গরকলবনি, নোংমতা নৌরবা চিনবান্দা হরাও মীনোক নোকচবা ফংঙ্গরক্তুবী ইচানি, অসিবু নংগী পুন্সিগী লোইনবী ওইনা অরা মুংঙাইবা মতম পুন্নমক্তা মাসু শরুক য়াহনবীয়ু।

বিজয়—চানবীতুনা তাকপীরিবা পুম্বা ঐগী ইরাইবক ফবনি।

ফৈঃ—মুঙাইরে, ঐগী মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে, ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি পুন্সি তোলোইনা মুঙাই য়াইফনা পানবা ওইয়ু ( ২মক খুকবা ) অতুগা বিজয় নংনা ঙসিদগী ঐগী ইনাক্তা লেংদনা লৈহুনা অহল ওইরবা ঐবু নপাগী পান্দমগুম খুযা তুশিংনা পুন্সি মতোন লোমহল্লু! ঐগী লৈজরবা সম্পত্তিগী তংখাই অমা ঐনা নঙোন্দা অউনপোৎ ওইনা পীরবনি।

বিজয়—তাকপীবা য়াথং পুন্নমক হরাওনা ঙাকচগনি।

ফৈঃ—মুংঙাইরে ইপা মুংঙাইরে। ঐনা মংদা ফাওবা ফংগনি নিংলুদ্রবা লন অসি লায়না ফংলে, ঐগী পুন্সি মুংঙাইনা লোমগনি। অসিদগী হেন্না মুংঙাইবা করি অমুক লৈরি? মুংঙাইরে ঐ মুংঙাইরে ঙসিমক ইচাগী লুহোংলগনি অতুক শিল লাংলুখিগে। ( ইমুং চংখিবা )।

কুমারী—ইনম্মা ( চেনশিন্দুনা কোনবা )।

প্রভা—কুমরী ( কোনবা )।

বিজয়—গৌর, মরুপ নংগী থৌজান্না ঐনা মীরক তিনবা ঙমজগদৌ-রিবনি, মরুপকী মমল নাইদ্রবা পাওতাকনা ঙসি ঐনা মাই-পাক্না লেপচবা ফংলিবনি, করম্বা খুদোন্না করম্বা রাহৈনা লমন শিংগদগে হায়বা খনফম থোক্তে। ঐনা পামজৈ নং অসে পুম্সি চুপ্পা তৎনা থানদনা ঐগী ওইজত্নুনা লৈবা অতুনা মরুপ, ঐনা ঙসি নংঙোম্দা চমলবা লাইরবা খুদোন অমত্তা কচ্চগে। নং হরাওনা লৌবিযুকো। খুদোল অসে মী অতৈগী মফমদা মরল য়ামদবা ওইরবসু, ঐগী ইফমদদি মসিদগী হেনবা মমল য়াম্বা পোৎশক অমুক লৈজদ্রে। কুমারী, ইবুংগী ইবেম্মা লাও, ইবুং রা হায়গে, নবুংনা লাইরবা মরন্না নোংমত্তা ইচনবু ননিং থুংহনবা ঙমদ্রবনি। ঙসিদি ইবুংগী আশা অসি নংনা কাইহনগন্নুকো। গৌর, ঐনা ঙসি অসিগুম্বা পীক্না উলেন নংলবী পলেম পম্থৌনা নাওকোল্লক্কবী মরাইবক থীরবী তোল্লবী অসিবু মরুপকী হুংশি খুদোল ওইনা কৎচরবনি মফম চাদনা শাৎপী লৈরাংনি হায়ত্নুনা লৎনবা তৌবিগন্নুকো মরুপ (২মক মথুৎ শম্নবা থুরুম্বা) ঐনা থরাই য়াওনা ২মক্কী মঙ্গলগীদমক শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরী, ঙসিদগী নখোইগী লুহোংনবা থৌরাং হৌরনী ঐ। প্রভা, অমম্বা লৈচিন অমনা কুপথিত্নুনা ঐনা নংবু তশেংনা খংলুদ্রে, ঐ হৌজিক তশেংনা খংলে, কনাগীসু দোষ লৈতে, অত্নুগা য়ান্না শাথীনা লানখিবা ওইত্নুনসু কোইরেং বাবু হৌজিক মহাক্না তৌখিবা মরানগীদমক অনুতাপ তৌরে মসিনা মাগী মতীক চাবা শাস্তিনি নংনা মাবু ঙাকউ।

প্রভা—অসি ওইরেকো ঈশ্বরগী নোংদম।

বিজয়—মানি মসি পূন্নমক মাগী নোংদমনি, ( শরৎ চেনশিনরকপা )।

শরৎ—হাইমা ওজা।

বিজয়—শরৎ ( কোনবা )।

শরৎ—ইচে ( প্রভাগী মখুং পাইবা ) ওজা ইচে ( মখুং ২মক পায়শিনবা ) থোক্লরেদো ঐনা পামজবা ঈশ্বরগী নোংদম।

---

*THE END*



লীলাসি এক্ত অনিশুবনি। অশোয়বা অমদগী এক্ত অমত্তা ওইনা চথখরে। মসি মথংগী থৃংনমদা চুমথোকচগনি।

—লেখক।